শানৌ মণ্ডবু লৈয়াই চাংদোনবক অসিদা লৈতোই লেকচাই তাই-থাওননা চয়ে নাহোং থানা শুমলমলবগা মশাখি ঐবু লাইজা ঈরামলমলবগা খিংলৌ অমরক নীংনা তেখিবদা ইহল চাউনা লৈবা অসিদা লেমলৈ চাউথোইবা শয়েং মীমানবদা য়োংখিয়বগী শানৌ মণ্ডবু লাইজা ঈরাল্লমদনা থমলম্মে। মাউরা মণ্ডবু খোয়েন মিকপ্‌-থোকলবগী অঙাং ইচীন ইমাউবু মুংশি মতৌ কম্বু লৈতনা মুংওমলিতৈদা পল্লেম ,থোবা মাল্লে চীংওল্লবী অদিনা হিদেম খোওরাই কুমলকপদা নাউরা ইখিওভাবু মুংশি ইপাউ হংনা নওবু লাইজা ঈরাল্লুরবগা পল্লেম লেপলৌ শিন্না নাউয়োকপিওবা অসি নওাইএ। থোবা মাল্লে চীংওল্লবী অদিবু মাউরা ইখিওভাবু পোকপা নত্তে। লহান পলেম ইমা ভানু লৈদা নীংখিবীবু হুখিবস্থও ডিঙ্গা অদিগুবা নরিতৈনে। পদো ইপা ইবুংওবু লেমলৈ পিথ্‌কম্মুংদা য়োংখিবগুও হিদেম অসিনে। মমম অচুগীবু মীকপ-লুবনে হায়না মশানৌবু ওকখি লুমলাংকোন মথজাই লেংলোই চুপ শমলাং তোমগা নাম্না পাওমেনখিঐ। শানৌ ইবুঙো তোন মীংখি-

---

তাফম। চেংলৌ মিংনা খিৎসবগী—উরবগী। ঈমানিংগে-ঈশিং লামগে। শানৌ মণ্ডবু-ইমাউ মণ্ডবু। লৈয়াই চাংদোনথক অসিদা—লৈয়াই মথক অসিদা। ওাইথাওমনা—মোম থাওহুমা। চয়ে নাহোং থামা—মাহো খি অচু থাহুমা। খিংলৌ অমরক মীংনা তেখিদবা—অমুক হয়া চংখিবদা : নাউরা—অঙাং। খোমলেন মিকপথোকলবগী—তুবা হৌগংলকলবগী। পল্লেম—ইমা। থোবা মাল্লে চীংওল্লবী—থোবী হত্নুবী। ইপাউ—ঐখোয়গী মা। পল্লেম লেপলৌ শিন্না নাউয়োকপিওবা—ইমা শকনা য়োকপিবা। নাউরা ইখিওভাবু-অঙাং ঐখোয় অনীবু। ডিঙ্গা অসিগুবা নরিতৈনে অদিগুবা হিডিঙ্গা ওইরিগনি। লেমলৈ পিথ্‌কম্মুংদা-ভাগী মপুক মনুংদা। মীকপলুবান-কপ্পবনে। মশানৌবু—মমাউ। নিপাবু ওকখিলুমলাংকোন-মওকশমদা কোন্দুনা। শমলাং তোনগা

থা-ও খোথা মাঙ্গৈ চীংওনবীবু শানৌ ইবিঙতা পোকপা নঙ্গে হায়না লৈকোক লৈকাইদা পঙনা য়ারী খোক্নো। মাউবা হবিঙতাবু চান্দা মীরাম্নথিগনে। পল্লেম পম্থৌ অপোকপনে হায়না মীংজোও। য়ারম অথুপ্পা খৈথিকপু শানৌ নঙবু ঙমনা শানখঙ-হল্লবনে হায়না য়াথং হিক হায়নমা অমুম পাউতমজরিঙৈদা অসাই-ঙৈগী পল্লেম মমা ভাম্বু মঙৌ মুংওনবী পোনবী লাংদা থুবা চেক্নলবীদি মপান্নি অনীমকী মুংশি মপাউ তাথনা মুংশি ঈথকহৌ থম্মোয় মৈচাক খোইজিল্লকপগী কোনা উপ্সুংদা য়াম্বা খোঞ্জেন পিকনা মীকপলকলে হায়দবরা? পারি দেব নারায়ণ অহনবা, শ্রীদয়ানন্দ অতোমবা-ও পল্লেম মমা চীংও লাইবক থীবী ঐবু লৈএ। পম্থৌ নপা ইবুংঙ খোইমোম লাইবু মীংথবু লেমলৈ পিব্কমুংদা নোংমল্লে হায়বা অসিবু মোমন্থু এদি করি ওইরাসবনো। •ম্থৌ মপা নচা অহুম্মকপু ফুংগা লোঙচুম ওই, থমকোন কোরোঙ ওইমা পারি লাংগোল্লিবরা নীংলম্মে। পারি নাউবা অপিশা অনীমকও পল্লেম নাউয়োকহাঙ নপন লাংগোম তামলবা নবিঙাবু

---

মান্না-মশম মান্দুনা। ইবিঙতা-ঐখোয় অনী। পল্লেম পম্থৌ ইমা ইপা। অথুপ্পা—অয়োনবা। ঙমনা—লোইনা। লানথঙহল্লবনে—থঙহল্লবনে। য়াথং হিকহায়মনা—হিকনা হিকনা বা হায়চ্না। পল্লেম—মমা। মঙৌ মুংওনবীদি - নিংথিবীদি। পোনবী লাংদা থুবা চেক্নলবীদি—লাং থাকনা কায়বা উচেক্নীদি। মপান্নি অনীমকী—মচা নিপা অনীগী। য়ারা খোঞ্জেন পিকনা মীকপককলে মখোঞজন—পীকমা কপলকলে। পলেম নমা চীংও লাইবক থীবী ঐম্বু লৈএ-লাইবক চাউবী নমা ঐ লৈরিয়ে। লেমলৈ পিব্কমুংদা-ভাগী মব্ক মমুংদা। নোংমল্লে-পিরে। মোমন্থু—দুজা, নুপী। ফুংগা লোঙচুম ওই থমকোন কোরোঙ ওইনা—ফুংগা মখোঙ অহুম ওইনা। পারি লাংগো-ল্লিগবরা-ইচা য়োকল্লিগবরা। পারি নাউবা অপিশা অনীদকও—

শ্রীদয়ানন্দ অঙোম্বা-ও সন্না চাক্‌ম কক্‌হিংগনো পক্লবা ইমা মক্তনা কোলোয় মিংথাম্বা নত্তমগনে। কাওরেন শনস্থু মানবী শনথক মাম্বা য়াওবনে, চৈরে ফিরাম্না মমু পোং মাম্বা হৌনবনে। য়াথং মক্তা থিনথিসে হায়না অমুখ পাওমেনববু নাতায়বগী পরেম মমা তাম্নু লৈমা নীংথিবীমা য়াহমলকএ। পারি ইবুংঙ্গু দেব নারায়ণ অহনবা-ও। অচাউ লেপকাবা শাংস্থু লমঙমঙমলবগী পায়মা লৌশিং থোই উনবী মচাক চোঙ মকোই য়াউব্রা পূকনীংশিংবু লৌনা লৈত্তাখলে। পারি ইবুংঙো তোম্না নীংথিবা ও নিংথৌ মচা মরমসংনে। শারেন নোংশা মচানা পিকনা শান্নাক হৈখনে। পারি নিংথৌ মচা সনা ঈবু চীয়ৌকব-ও খব পাল্লেম নমা মচাকনে পূকনীং তিংনরুগনো। তৌইগুম নমু পোংমান্নগিগুম য়িখ সনা লৈগাক চাহকনো অনীশুনা লৈজমলোইএ। নিংথৌ সমা লৈকোয় ফম্বা অচুবী মশানৌ শ্রীধনঞ্জয় লাইবু নীংবা চাহখলো অচুগী লৈমা মশানৌ তাম্নু মত্রৌ চুংওনবী মপারি দেবনারায়ণ অহনবা শ্রীদয়ানন্দ অনৌনবা অসিদো তাইবঙ নেংশোপান্ন

---

—হায়খিয়ে। শানৌ-ইনাউ। কক্‌হিংগনো—ফক্কায়খিগনো। কোলোয় মিং মন্নবানত্তমগনে—মিংমান্নবা ওইরমগনি। কাওরেন-শল। মানবী শন। চৈরে—ফি। নমু-তাইমগ মী। য়াথং মক্তা থিনথিসে-য়া মরেক হংনখিসে। না তায়বগী-তারহুনা। য়াহমলকএ-য়া হায়খএ। পারি-ইচা নিপা। অচাউ লেপকাবা শাংস্থু লমঙমলবগী চাউংক শাংলকলবগী। পায়মা-লৌশিং। উনবী-পূকনীং। মকোই য়াউব্রা পূকনীংশিং—লৌশিং। শারেন—শা অং ইমা খাগী নিংথৌ। ঈবু চীয়ৌকবা ও—সনা ঈদা পোকপা। পূকনীং তিংনরুগনো—নপ্‌কনীংদা অমকপা লৈগনু তৌইগুম-তৌইগুম্নসুং নমু পোংমান্নগিগুম-মীশক মাম্নগুম। লৈজমলোই-লৈমমোই। লৈকোয়ফম—ময়ায় লেম্না। মশানৌ—মনাউ। মত্রৌ চুংওনবী-চঙখোনবী।

অনীগুনা লৈগুমলরোইএ হায়না পাওমেল্লবদা শ্রীদয়ানন্দ অহোনবনা থমোয় ঈথক হোৎনা খোইশিল্লকলবগী অকি মমদা হুম্না সরা চাজুম ফক লাওজন পুরি খোকলে হায়দবরা ? অঙ্গুম পল্লেম মমা মচা অহুম্মাবু হুংশি মতৌ কপ্পু লৈতনা চেকলা পেনাৎ লিয়েৎমাবা উনবী ভুগুহবু গুকথী লুমলাংকোন থজাই লেংলোই চূপ শম্নাং তোনগা নাম্না অঙ্গুম মীকপ্পববু পল্লেম মমা ভান্থ লৈমা মীংছিবীদি কোম্নৌ হুমিংশীংবুম য়াম্না মপারি অমীমাবু থাইনবা মশাৱি খোইমোম লাইবু নীংববু শীংলেন শেৎনা রাগী চিন্তা পোৎলুম পুবনা অনা লাইহৌ গুইরবগী মপারি অনীমকপু চংলৌ শক উনবনা অনা লাইপু কাববু গুইববগী থরায় নিনমাগুমনা রান্থ থয়ে হায়দবরা ? মপারি অনীমক্তি হুংশি মতৌ কপ্পু লৈতনা মীকপথিয়ে হে পল্লেম ইমা পোকমাবী-ও নপারি ইবিগুঙাবু চোংলৌ শক উনবা পোৎশক মতৌ লৈতনা করিগী অমন থমলৈ কূমখিম্নবনো। হে খোইমোম নোংদম্বা শেমবী ইপা লাই কবো ইপু লাই

---

ডাইবও মোংশাপান্দা—সংসারদা, ডাইবং পানবদা। লৈগুমলরোই —লৈমম্মরোই। থমোয় ঈথকহোৎনা খোইশিল্লকলবগী—মথরায় চাকপনা হেক্তিল্লকসহুনা। সরা চাজুম ফক লাওজন পুরি খোকলে-চা লমহুনা থমলিবা শো অহু ফকায়থগা পুল্লি লাকইবচু লৌখোকলে। অহুম্মাবু-অহুম মকপু। লিয়েৎনা-কাউনদনা। গুকথী লুমলাং কোন থজাই লেংলোই চূপ—মচকশমদা কোল্লপা মখজাই চুপ্পুনা। মীক-প্পবু—কপ্পবু। কোম্নৌ হুমিংশীংবুম য়ামনা—হুমিং য়ামনা কুইনা। মপারি অনী মাবু থাইনবা—মচা নিপা অনীগা কায়নবা। মশাৱি—মপুমোইবা। শীংলেম শেৎনা রাগী—কাম্নবা মবমগী। চিন্তা পোৎলুম পুবনা-রাথম্না কোকথোং কামহুনা। পল্লেম ইমা পোকমাবীও—হে ইমা অপোকপী। মপারি ইবিগুঙাবু—নচানিপা ঐখোয় অনীবু। অমন থমলৈ কুমখিম্নবনো-শিরবনো। হে খোইমোম নোংদম্বা

শিক্ষা লোয়ায়েনগ চীংগু নগুবু করি ওইরবগে হায়রা নপাকি সেখ নারায়ণ অহনবনা খোয়দৌ য়াফম পায় খোয়জি মিহুন নম্মে—শ্রীবয়ানন্দ অজোনবনা পল্লেম লুরাই কোইরেন থক্তা লাইজা ঈগা চাই চরৈ কিজি লংনা মাল্লং ঈচিক থেগ্না অশুম লাইকন্নবু পল্লেম মমা ভাম্বু কৈমা নীংথিবীদি পায়মা নিংসা মপী হোন্না হিংগংলকপে হায়দবরা ?

---

—হা বিধি মোংদবা। চীংগু—লাই। খোয়দৌ য়াফম পায় খোয়জি মিহুন নম্মে খোয়দৌদা নমথহুনা খোয়জিথাগী মিহুন ফারে। পল্লেম লুরাই কোইরেনথক্তা—মমাগী লোয়াই লুতোন্দা। লাইজা ঈগা চাই—ঈশিং চাইহুনা। চরৈ কিজি লংমা মাল্লং ঈচিক থেমনা—মফি মচি অমনা হুমাই হুমহুনা। পায়মা নিংসা মপী হোন্ন—দুঃসাম্বর ফুরনা হোন্দুনা।

# লৈমা নীংথিবীদা হৈরাঙ
# লোনচন্দ্রনরুন্মী হায়দুনা

**ধনঞ্জয় লাইনাংবগী মচা নীপা অনাবু হিডিঙ্গা ললোনব-**
**শিংনা তালোয় মীতু হন্‌বনি হায়ত্তুনা মথুং তুংবুন্ননা**
**পুনত্তুনা শব্যা লৈবাক্কী চৈরাপ্তা পুথৎলকপা**

পল্লেম যমা মচা অহুমক্তি অমুম মীকপ্পরিউৈদা কোৱা নেনোংশোয় চীংথৈ লৈমা হুন অৱাং থাওপী লোকমায় হেল্লক্লবগী অসাইউৈগী পাওন থংথুলীকত্তবা থাগী মনিক ললওমবা তনবা মীপুম অমনা রাকয়ৈ হি য়েংগে হায়না হিদেন খোওরাই কুমলকপদা পল্লেম মমা মচা অহুম্মক্কী মতৌ ওল্লোকপা অহুবু উমবগী থিংলৌ নীংনা তেনা হনরাইথিরে। থোবা কংলৈ মশূমাওদা লেপ্পা পায়না নিংদোন থোক তেংলৌ মমিৎ তাওনা রাহমখিয়ে। থোবা মাল্লে চীংওল্লবা-ও নপারি লাংজেং মথোকলকপা অনীমানা ডিঙ্গা ইখোয়গী রাকয়ৈ হিকুন্নুংদা লৈমা নীংথিবী অমতংবু শব্যা ননিংথৌদা কংকে হায়রমা কোনা উপুন্নুংদা হাপনা পুমকপবু নপারি অনীমানা লাংজন পুরি থোকনা থোরম মত্তববু তৌওমলে।

---

মীকপ্পরিউৈদা—কপ্পখোংনরিউৈদা। কোৱা মনোং শোয়বা—নোং তানবা। তনবা মীপুম অমনা—নিপা অমনা। রাকয়ৈ হি। হিদেন খোওরাই—হিদেন তাফম। থিংলৌনীংনা তেনা হনরাইথিরে— অমুক হন্না চৎথরে। থোবা কংলৈ মশূমাওদা লেপ্পা—ফিশূবা থোবীগী শূমাওদা লেপ্তুনা। রাহমখিয়ে হায়খিয়ে। থোবা মাল্লে চীংওল্লবা ও—হে থোবা হমুবা। নপারি লাংজেং মথোকলকপা—মথেক কারকপিবা মচা নিপা। ডিঙ্গা—হিডিঙ্গা। ইখোয়গী— ঐখোয়গী। রাকয়ৈ হিকুন্নুংদা—হি মন্নুংদা। শব্যা ননিংথৌদা— নখোয়গী শব্যা নরৈপাক্কী নিংথৌদা। তৌওমলে—তৌরমলে।

মও মিৎয়েং শানথৈরুও হায়রমলবগা ডিঙ্গা মখোয়গী য়ায়রেকশঙদা চঙখিরে। অসাইথৈগী ডিঙ্গা মঙাইয়োইশিংদা পাওমেমখিরে। হে পাণ্ডব সংখু লীকতম্বাশিংও ডিঙ্গা ইখোয়গী লৈমা নীংখিবীদো খোবা মপারিশিংনা থৈরাঙ লোনচৎনঙমলে হায়না পাওখমরে। অসাইথৈগী খোবা মাইমে চীংওল্লবীদি থব্রায় লাইথংনরবগী হিদেন মকুমলষু তাম্না চেপ্থখিরে। মপারি অনীমক্তা রাহমথিএ। পারি হে নাউরা অনীমা-ও নপন কে য়োয় ইয়াথংবু কাউনা রারম নত্তবা থৌরম অরানবু কমি তৌরুরবনো হায়না পাওমেনবু তানু লৈমা নীংথিবীনা পাউথুমলকএ। শাবী পল্লেম পীথাংশিন্না লাংগোন-তশী-ও। থৌরম অরানবু তৌদে। নপারি লাংজেং মথোকলকপা অনীমা অসিগী কুমশীং নাউ পুবিবা তানু লৈমা হায়বদে এদে হায়না য়াথং মপাউ অয় স্ববু হুংশি মতোম্লোমনা পাউ তমলবদা খোবা মাইম্লে চীংওল্লবা অনীমক্তি হুংশি মথৈ ফংনা পাওমেমখিরে। পল্লেম ইমা ইচা ইখোয় মঙামকপু থৌরম মতীক য়েংনা দত্তি রারকনরবগু খোবা মাইমে চীংওল্লবা ইবিঙ্গানা হাম্না তিমেন তাজীন

---

মি য়েং শানথৈরুও - ক্লেউচো। য়ায়রেকশঙদা— অহিং তুমফমদা। মঙাইয়োইশিংদা —মচা মনাউশিংদা। থৈরাঙ লোমচৎ নঙমলে— লোম্না ডাঙনরম্মে। খোবা চীংওল্লবীদি খোবী হনুবী অদুদি। থব্রায় লাইথংনরবগী - মিপাই থবাইরহুনা। হিদেন মকুম লষু— তুরেম হিদেন কুমথকম। রাহমথিএ— রা হায়হিয়ে। পারি—ইচা নিপা। হে নাউরা—হে অচাং। নপন—নমা নপা। কোম্লোয় ইয়াথংবু কাউনা — ঐনা হায়বা রা নীংশিংদুনা। পল্লেম পীথাংশিন্না লাংগোনতশী-ও-মমা শকনা নাউয়োকলদ্বীও। নপারি নচানিপা। লাংজেং মথোকলকপা-পাথং মথোক কারকপা। কুমশীং নাউপুবীবা-গর্ভপুবীবা। মতোম্লোমনা—লোইনা। খোবা মাইম্লে চীংওল্লবা — খোবী হনুব। ইখোয়—ঐখোয়। থৌরম মতীক য়েংনা- মতীক

থংগে হায়না হাইমরে। অসাইদৈগী ডিঙ্গা লমওনবশিংদি থোবা হিদেন মতায়বদা কুমথয়কলে। অসাইদৈগী নাউরা শকহেনবা অনীমাবু তালোয় মীত, হ,বমে হায়না পরৈ লানগা শা, শমু তুংপুমনা পল্লেম মমাগা থোবা হমু মাল্লৈ কাবী অনীমাগা অহুম্মানা থৌথামওয়দনা পুরকলে হায়দবয়া ? শব্যা খুননিংথৌগী শেনবী চৈরাপ রায়েমশওদা য়াকায়কলে।

---

চাবা। মাল্লৈ চাংওল্লবা-অহন ওইরবা। ইবিওয়ানা-ঐথোয় অনীমা। তিমেম—তা। তিমেন তাজীন থংগে—মাও থাগে। রাইমরে—হায়নরে। অসাইদৈগী—ওসাইগী। হিদেম—তুরেন তাকম। নাউরা শকহেনবা অনীমাবু—মশক মতৌ ফজবা অওাং অনী অহুবু। তালোয় মীত, হ,বমে হায়না—মীগী মতূ হুয়ামবনে হায়হুনা। পরৈ লানগা শা শমু তুংপুমনা—মথুৎ তুংবুমনা পুল্লগা ফাহুনা। থৌথাম ওয়দনা—থাথা ওমদনা। শব্যা খুমমিংথৌগী—শব্যা লৈমাবসী। য়াকারকলে—কারকলে, পুখৎলকলে।

# চৈস্রাপ ব্রায়েনশঙদা ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা মতম কুইনা

## কা য়নরুরবা মপারি অনোগী মবা তাবদা নুংশি ঈথক হৌনা মচানিপা অনীবু কোন্দুনা কপ্পবা

শব্যা লৈপাক কোইবশিংদি তারা থৌরামনিচাক্ন মগুলী কোয়না ফমফমগুম্মে হায়দবরা? অতুদা পাঙন সংখ্য লীকতম্বা খাগী মনিক লনওবশিংনা শমু মথূৎ লোম্না ব্রাহমখিয়ে। হে ইবুংঙ্ শব্যা লৈপাককোইবশিংও লৈমা নীংখিবী অমত্তংবু নিংথৌ লৈকোয়ফম্বদা লমওক্লগে হায়না পুন্নকপবু সনা নরৈপাক্কী তনবা ধোবা মপারি অনীমা অসিনা হৈরাও লোনচংনওম্মে হায়না ব্রাকংপবু শব্যা লৈপাক কোইবশিংমা লৈপাক তোঙানংনে হায়না প্রনদ লৈকোয় ফম্ববু য়াঙনা পাউ কৌখংলুয়ে। নিংথৌ লৈমাবস্থুঙ য়াঙনা য়াথোকলকলদা অসাইবৈগী পাঙন সংখ্য লীকতম্বশিংনা শমু মথূৎ লোম্না ব্রাকংখিয়ে। হে শব্যা থুন্নিংথৌ প্রনদ লৈকোয় ফম্বা ইবুংঙ্ তা-ও। নদাইরেম ইথোয়না লৈমা নীংখিবী অমত্তংবু নিংথৌ লৈকোয়ফম্বা নওঙন্দা কচ্চগে হায়না পুন্নকপবু নদাইরেম

---

লৈপাককোইবশিংদি-অঙম অথৌশিংদি। তারা-(সং) থরানমিচাক। শমু মথূৎ লোম্না ব্রাহমখিয়ে—মথূৎ লোন্নতুনা ব্রা হংগৎখি; শব্যা লৈপাক কোইবশিংও—শব্যা লৈবাক্কী অঙম অথৌ পুন্নমক। নীংখিবী—ফজবী। লৈকোয় ফম্বদা—নিংথৌদা। লমওক্লগে—মায়োক থাকম য়াগে, কংকে। তনবা—নিপা। হৈরাও লোনচং নওম্মে—নত্তবা লমচং চংলম্মে। প্রনদ—শব্যা লৈবাক্কী নিংথৌ। লৈকোয় ফম্ববু—মহারাজবু। লৈমাবস্থুঙ-নিংথৌস্থু। য়াঙনা য়াথোকসকলবদা-থুনা লাকলবদা। শমু মথূৎ লোম্না-মথূৎ লোম্নমতুনা। নদাইরেম-ননাই। ইথোয়না-ঐথোয়না। নিংথৌ লৈকোয়ফম্বা নওঙন্দা-মহারাজদা।

থোবা মপারি অমিমা অসিনা পৃকনীং রা খিদনা। ছুঙমলে দখি মতীক ওকপবু পীনবি-ও হায়না য়াকথপবু না তায়বগী শব্যা খুম্নিংথৌনা নাউরা মপাউ তাগে হায়না রাইনমলবগী দেবনারায়ণ শানৌ মচীন মনাউদি নিংথৌ মাঙদা থা শমু মথুং লোম্না ফমফম লবগা শব্য। খুম্নিংথৌদি উনবী পৃকনীং ওকনা নীংথনখিয়ে। থোবা মপারিনে হায়ব। অমীমা অসিবু চেংলৌ শকোয় হেল্লে। নিংথৌ সনা ইরৈপাক্কী নমু কনাগুম্বগা মাম্নদে হায়না নিংথৌ পৃকনীং চিন্তা তৌনা নীংথল্লিরৈঙেদা দেবনারায়ণ অহনবনা শমু মথুং লোন্না রাইম খিবে। লহান নোংগী রারম হৌনরকপা য়িশ খুম্নিংথৌ মশানৌ শ্রীধনঞ্জয় হায়বা লৈমা মশানৌ ভানু মতৌ মুংঙনবী কৌবীবু অনীশুনা লৈতে হায়না অতুম রাইমলিরৈঙেদা শব্যা খুননিংথৌনা ইষ্টদেব শ্রীগুরু অথোইবগী মপারিবু মাল্লে হায়না নীংথল্লবগী থোবা মপাবি হে নাউরা নীংখিবা-ও নাউরা কোল্লোয় নয়াথংবু চৈবংখিও। তয়ুম পাত্র অতম্বশিংঙ শ্রীগুরু অথোইববু পাউ কৌথংলু-ও হায়না

---

পৃকনীং রা খিদনা অফ অত্তা থন্দনা। ছুঙমলে—হরল্মে। নাউরা —অঙাং। মপাউ তাগে—মন্না তাগে। রাইমলবগী—রা হায়ববগী। শানৌ মচীন মনাউ—অঙাং মচীনমনাউ। ফমফমলবগা-ফমলগা উনবী—পৃকনীং নীংথনখিয়ে—মপৃক্তা নিংখি থনখি। চেংলৌ শকোই হেল্লে—মশকী মতৌচঙথোক্লে। নমূ—মী। নীংথল্লিরৈঙেদা— রাখল তৌরিরৈঙেদা, থল্লিরৈঙেদা। শমু মথুং লোম্না রাকমখিয়ে— —মথুং লোম্নমা হংগংখি। লহান নোংগী মমাঙৈঙেগী। য়িশ খুনি থৌ মশানৌ য়িশ লৈবাক্কী নিংথৌগী মনাউ ইবুংঙো। লৈমাবা মশানৌ নিংথৌগী মনাউ। রাইমলিরৈঙেদা—রা হায়রিরৈঙেদা। ইষ্টদেব শ্রীগুরু অথোইবগী মহাক্কী গুরু অথোইবা ধনঞ্জয়গী। মপারিবু মাল্লে—মচানিপা ওইরমাল্লে। নীংথল্লবগী মপৃকনীংদা থল্লবগী। কোল্লোয় নয়াথংবু চৈরংখিও রাঙাঙব লেপখো। তয়ুম—ইনাই।

থৌশী খিরে। মদাইরেম নিংথৌ পাউথোন পুখনা গুরু সনা মথোঙজিমবু ভান্না চংখিরে। শ্রীগুরু অথোইবদি ঙরা নূকঙংবগী লাইঙা চীনকুপঙম্বগী মদাইরেম নিংথৌ পাউথোম পুখমা শম্মু মখুৎ লোম্না য়াকচখিয়ে। হে ইষ্টদেব গুরু অথোইবা-ও শেনবী য়ায়েনশঙদা কাবিরকও হায়জরকএ। মদাইরেম পাত্র অঙম্ববু লেংনা তিন্না শয্যা থুমনিংথৌস্থ য়ায়দা লাংমা শেনবী চৈরাপ হায়েম্লিয়ে। য়ারম তুম্থুং লংলা পুমগুম্বা অমবু থোকলে। য়ারম মতাথিমা য়ায়েনমন্নসে হায়না থৌ শীরকএ হায়না পাওমেল্লবদা ইষ্টদেব গুরু অথোইবস্থঙ সনা তুলাই খোঙওইনা মমাই থোগন য়াম হুমাই থোকশাং থাম্না শেনবী চৈরাপ য়ায়েন শঙদা য়াইথুংলরে। মদাইরেম পাত্র অঙম্বশিংনা মালেম নৈদা পকনা পুরুম্লবে। নিংথৌ শম্মু মখোঙ হৌনা লমওক্লবে। শরেন য়েংলম সমা ফান্দেং থানা ফমফমহল্লে। প্রেনদ মালেম নৈকেংয় ফম্বনা য়াহমখিয়ে। হে ইষ্টদেব গুরু

---

পাত্র অঙম্বশিংও—অঙম অখোশা, মন্ত্রীশা। থৌশীখিয়ে—থখক চংহনখবে, থোদাখরে। মদাইরেম—মনাই। নিংথৌ পাইথোন পুখনা—নিথৌগী খোঙলোয় অতুনা। ঙরা নূকঙংবগী চাকচাবগী। লাইঙা—ঈশিং। চীনকুপঙম্বগী মচীন তেংলমবগী। শেনবী—কবো। য়ায়েনশঙদা—চৈরাপ্পা। লেংনা তিন্না—ময়াম ফমহুনা, সঙা ফমহুনা। তুম্থুং—লং। য়ারম তুম্থুং লংলা, পুনগুম্বা-চনৈনবা য়াফম; লংলা লংজিন থিবা য়াংবা য়াফম। য়ারম মতাথিনা য়ায়েনমন্নসে—হায়েক অচুম্বা মেংহুনা বিচার তৌমিন্নসি। থৌশীরকএ—পাথোম শীরকএ। তুলাই খোঙওইননা-দোলাই তোংহুনা। য়াইথুংলরে—থুংলরে, য়োমকলে। পাত্র-মন্ত্রী। পুরুম্লরে-থুরুমলবে। নিংথৌ শম্মু মখোঙ হৌনা লমওক্লবে—মহারাজস্থ সমা খোঙলেঙথারক্তুনা ওক্লরে। ফান্দেং-ফাম, ফমফম। ফমফমহল্লে-ফমহল্লে।

অথোইবা য়ারম মতৌ ওন্থোকপা অমবু লৈএ। য়াথং ময়েক থিনা য়াহখিও হায়রবদা অসাইডৈগী দেবনারায়ণ শ্রীদয়ামন্দ মাউবা অমীমক্তি চাংজৌ চেপ্পা লোম্না লহান নোং য়িথ মরৈণ্‌বগী হৌনা মপম শ্রীধনঞ্জয় খোইমোম লাইবু নীংবা পম্লেম মমা মচা মরিমানা ছুমিং শীংবুম য়ামনা হুয়েন লাঞ্জেল্লকপা, পম্লেম মমা ভাসু লৈমা নীংথিনীবু প'ডন সংথু লীকভম্বা থাগী ভিজ্ঞা লনওনবশিংনা রাকৈ হিকুহুংদা হপ্পা হুথিবা, পম্থৌ মপা মচা অহুস্মানা মায়গৈ লমদম থওদনা চংলকপা, থোঝা হিদেম মত্তারমদা লাইজা ঈরাল্লকপা, পম্থৌ মপা খোইমোম লাইবু নীংববু লেমলৈ পীবকম্নুংদা য়োংখিবা অসি য়োনা পাউজবু না তারবদা ইষ্টদেব শ্রীগুরু অথোইবদি থমোয় ঈথক হৌবনা খোইশিল্লকলবগী মালেম লৈদা ওন্না মপারি অনীমাবু শমু থংনা লাম, পায়মা নিংলা মপী হোন থুংশি মত্তোকমবু লৈতনা মপারি অনিমাপু ওকথি লুমলাংকোন থজাই লোংলোয় চুপনা অসুম

---

চাংজৌ চেপমা লোম্না-মথুংজুম তৌহুনা, থুংম্লোম্নহুমা। মরৈপুং-মরৈথাক। মপম-মপা। খোইমোম-লাই। পম্লেম-মমা। শীংবুম য়ামমা -হুমিং য়'মমা কুইনা হুয়েন-লাম। ভিঙ্গা লনওনবশিংনা-হিডিঙ্গা ললোনবশিংনা। রাকৈয় হিকুনুংদা-হি মমুংদা। পম্থৌ-মপা। মায়গৈ লমদম থওদনা চংলকপা—মায়গৈ মকম মদাং থওমদা চংপা। লাইজা ঈরাল্লকপদা—ঈশিং লাল্লকপদা। লেমলৈ-ঙা। পিবুকমুংদা—মপুক মনুংদা। থম্মোয় ঈথক হৌবনা হেঞ্জিল্লকলবগী—মপুকনীং তপথবা য়ারক্তপহুমা, মাগী থমোইদা মৈচাক অহু হেঞ্জিল্লকলবগী। মালেম লৈদা ওন্না — লৈপাক্তা থরো ওন্দুনা।পায়মা নিংলা মপী হোন— থুংসাম্বর য়না হোন্দুনা। ওকথি লুমলাং কোম-মতকশমদা চেজেংনা

মীকপ্পববু উমবগী শব্যা থুননিংবৌ প্রনদ মালেম লৈকোয় ফম্বমচিংনা মদাইরেম পাত্র অঙম্বা প্রজা লৈপাক পুমমা নাহা মুবী হমু হনবা কনা থক্তানা শেনবী চৈয়াপ ঝায়েন শঙবু নিম কবো চাংলোয় ঈরাউখোনগুম মীকপ্পরে হায়দবরা ?

---

কোন্দুনা। খজাই লেংলোই চুপনা—( মচা নিপা অনীতুগী ) মখজাই চুপতুনা। মীকপ্পবু—কপনা লাউনববু। শব্যা লৈমাবা-শব্যা লৈবাকী নিংথৌ। মালেম লৈকোয় ফমনচিংমা—নিংথৌনা চিংহুনা। মদাইরেম—মনাই। কনা থাক্তনা—অমতা চিথদনা।

---

# ধনঞ্জয়গী লাইস্নু নীংবনা মতূ

## মচাগা লোয়ননা প্রনদ নিংথৌগী শব্যা লৈবাক্তা
## নুংশিননা লৈহন্ননবা

দেবগুরু অথোইবগী লৈমা মশানৌ ঠাকুরাণী ভানু লৈমা অহেনবীগা মপারি দেবনারায়ণ অহনবা শ্রীদয়ানন্দ অঙোনবা চীংনুং থরাকলৈগুবা অমিমক্কী পল্লেম মমা মচা অঙম্মকপু ফাওরমে হায়না শব্যা মরৈপাক্তি য়াংলেন পুংজাউ য়ৈ, যেংমে থোঙ্গেন চাউনা লৈপাক মরাও চোবে হায়দবরা? মচৌ অসুম তৌববু না তায়বগী শব্যা লৈমাবীনচিংনা শেনবী কোন্নুং লৈবী পম্নমানা ঠাকুরাণী ভানু লৈনা নীংখিবীবু পাউ কৌশিনখিয়ে চৈরৈ ফি খুৎশা সনা ফিগে অশংবা মাল্লৌ চুনববু লনহোংহল্লে মপারি নাউরা নীংখিবা অনীমাসুঙ চৈরৈ থামেন চৎপগী মাল্লৌ ফবাংজি নীংখিববু লনহোংহল্লে। অসুম থৌজান য়োয়থোম্নবগা চুলাই লেংবু খোঙচইমনা গুরু মশঙাইবু তান্না খিস্তখরে হায়দবরা? অসাইবৈগী শেনবী চৈরাপ রায়েন মতা থিনবদো শবা থুম্নিংথৌনা রাহমখিয়ে। পাওন শংকু লীকতম্বা থাগী মনিক লনও বা অসিবু শেনবী মীথাপুং কবো মীয়ানফমদা থাদোকলুরশিবরা হায়না পাও

---

মপারি—মচা নিপা। লৈমা মশামৌ—মনাউ ইবেম্মা, মত। অহেমবীগা—অথোইবীগা। য়াংলেন পুংজাউয়ৈ—লৈপাক পুংজাউ থীন্না। লৈপাক মরও চোরে-বারা লাউরে। লৈমাবীনচিংমা—মহামানীমচিংহূনা। চৈরৈ—ফি। মাল্লৌ চুনববু লনহোং হল্লে-মশক্না চানগদবা ফজবা ফি হোংদোকহল্লে। চৈরৈ থামেন চৎপা—থামেনচৎপা ফৈজোম। মাল্লৌ—ফি। থৌজান য়োয়থোম্নবগা—য়াম্না সিংথিন লুনা তৌহূনা। মশঙাই-মযুম। রায়েন মতা থিনবদো-বিচার তৌনবতু। রাহমখিয়ে—হায়খিয়ে। মীথাপুং মীয়ানফমদা—মী হাৎফমদা। য়াথং ভক্তি তৌনা য়ামনা

মেনখবু ইষ্টদেব শ্রীগুরু খোইখোইবা শ্রীধনঞ্জয় খোইমোম লাইবু নীংবনা য়াথং ভক্তি ভোমা কোল্লোয় অমেৎখনা বাহমখয়ে। হে শব্যা থুম্লিংথৌ প্রমদ লৈকোয় ফম্বা ইবুংঙ, তা-ও। নদাইরেম ঐগী পায়মা উনগোয়ৎহুংদা নীংখনবদি পাওন লৌকতখা অসিসিংদি য়াম্বা লনয়াম পুন্নকপা ভিজা য়াকয়ৈ হিপ্‌ক থনবা অদিদি ওয়া খামহৌরগে। অসিস্তু মদোমদে। লমান পল্লেম পল্থো ইপা ইগ ইথোয় মগ্নিমকী মহা পাপচেনবা বিধি নোংদমথোমম্‌ হেনফদবগী থোক্লয়বনে থয়ায় মহিয়েন্দি হে নিংথৌ খোইমোম লাই নীংবা লম্ভনা কনখিয়ো। লমা মাথোয়গী মরৈপাক্কা নিংথৌ কোল্লোয় নমিং পুনা য়ায়ীনরুম্বনো হায়না ধর্ম্ম মরায়েন খিনা য়াহখবু শব্যা থুম্লিংথৌনা গুরু কোল্লোয় ময়াথংবু হেপথোকফদয়বগী য়াম্রা লনয়াম পুন্নমক্তি ওমনা মুল্লৌবে। শমু মাথোয়গী মহকসাং থয়ায় মমিয়েনবু কয়া সনা মরৈপাক্কা হনরাইখিবে হায়দবয়া?

অসাইটৈগী ধোবা মাল্লে চীংওল্লবা অনীমক্তি দেশশ্রীগুরু অখোইবগী মপারি অনীমকপু পল্লেম পীথাওশিন্না লাংগোনরগী

---

মোল্লুকনা ভক্তিগা লোয়ননা। কোল্লোয় অমেৎখনা—অপোংপা ফজবা বাহৈনা। য়াহমখিয়ে—য়া হায়খিয়ে। লৈকোয় ফম্বা - ময়ায় লেপ্পা, নিংথৌ। পায়মা উনগোয়ৎহুংদা—ইপুক্তা, প কমমুংদা। নীংখনবদি—খন্তবদি। য়ায়'—লন। তালোয় মীতু—মীগী মতু অতোপ্পগী নূপী। তালোয় মীতু-অতোপ্পগী নূপী। য়ায়া মাথোয়গী লনয়াম—মাথোয়গী শেল্‌ম ময়াম। ভিজা—হিভিজা। য়াকয়ৈ—হি। অসিস্তু মদোমদে — মাহুদম্ভ নত্তে। মোংদমথোনবু — লাইনা ভম্বু। থয়ায় মমিয়েন্দি — মথয়ায়তদি। কোল্লোয়—মিং। য়াহম্বু—য়া হায়খবু। কোল্লোয় ময়থংবু হেপথোকফদয়বগী—মাগী য়াথং হিকতোকপা য়াদবগী। ওমনা—লোইনা। হনরাইখিবে—হনখরে। অসাইটৈগী—ওসাই মথক্তা

থুল্লক অহাওবদা কোল্লোয় শঙ্গায় চাউনা শা, নিংথৌ খোইমোম লাইবু নীংবা মথৌজানগী তরা অচা ৱাংহন্দনা লাংকোল্লরে। সনা মরৈপাকসুঙ অশোন লায়থুঙ লৈবা অমা ককবা নিকপা লায়রা অত্তোন তাবা থমথু অয়েং চেংবা লৈরবদি চাদবগী লোইমোম ফৌ কোং ওই, শেত্তবগী উপু লনগে থম লৈপাক পাত্র মচা য়োকুম লাংগোল্লে। শব্যা মরৈপাকপু ভমথৈ কনাতা মীপীদা লনা শেনপাক চাকচামমা হুংঙাই মরাং কায়মা পাল্লে হায়দবরা? অসাইগৈগী ইষ্টদেব গুরু মপারি অনাবক্তি শব্যা লৈমাবা মথৌজান মপম লাইবু নীংবা মরুমপামগী হুংঙাই মনীং তম তরা অচা ৱাংতা চরৈ অম্লিম তামদা মপম থোবা নাউরোয় কাবীবু কোরৌ মোংজা থূদিং চেংলৌ শকউ নোং তামদনা য়াংগোইরে হায়দবরা?

---

হায়খিবা। মাল্লে চীংওল্লবা—অহম মতম ওইরবা। পল্লেম পীথাওশিল্লা লাংগোমরাগী—মমা শকত্তুমা য়োকপি থাকপিবনী। কোল্লোয় শঙ্গাই চাউনা শা—য়ূম চাউনা শাহ্নমা। তরা অচা ৱাংহন্দমা—চানা থকনবা মরম অৱাংপা লৈহন্দনা। লাংকোল্লরে—য়োকলে। থমথু অয়েংচেংবা—লায়রচুথবা। লোইমোম—ফৌ। গুরু মপারি-গুরুগী মচা। পাল্লে-লৈরে। লৈমাবা মথৌজান-নিংথৌমা লুনা ভৌবিবদগী। মরুম মপামগী—মরুম থুপ্তনা, মপান্দগী। তরা অচা ৱাংতা-চানা থকনবা ৱাংতনা। চরৈ অম্লিন তামদা—ফি ইরমবা অৱাং অপা লৈতনা। কোরৌ মোংজা থূদিং—হুমিং থূদিংগী। চেংলৌ শকউ নোং তামদনা—নোংমত্তা উনবা লেপ্তনা। য়াংগোইরে—লৈরে।

---

# ধনঞ্জয় লাইবু নীংবনা য়িশ্ব
## মরৈপাক্তা হন্দুনা
### নিংথৌ ওইনা পানখিবা।

অস্থুম তৌনা কোরৌ নোংশীং য়ামনা পাল্লিউদা অসাইগী য়িশ্ব মরৈপাক্তা নিংথৌ চাকচা মতোল্লোম শনি মিংয়েং ফংনা য়াংগোইরৌবা মশাবি য়িশ্ব খুম্নিংথৌদি মনা মরৈপাক্কী নিংথৌ চাকচা অয়াম্ববু নমদা হুম্না অমন থমলৈ কুমখিরবগী য়িশ্ব মরৈপাক্তি নিংথৌ লৈপাক মপু লৈতরবগী মানবী মপী মাওবা শনগুম মপু থৌগন হাওনা য়াংগোইরবদা নিংথৌ মশানৌ শ্রীধনঞ্জয় থোইমোম লাইবু নীংবা হায়মবু অমম থমলৈ কুমদনা শব্যা মরৈপাক্তা নুংঙাই মরাং কায়না পাল্লিয়ে হায়মবু মা তারবদা লৈপাক পূমনা তিম্না মন্ত্রনা ব্রা তান্নখিয়ে। নিংথৌ মশানৌ থোইমোম লাইবু নীংবা অসিবু মতৌ করম তৌনা লৌরুশিবমো হায়না ব্রাহম্নবু য়িশ্ব মরৈপাক্কী পাত্র লৈপাক কোইবা পায়মা লৌশিং থোইবশিংনা পাওমেম্নখিয়ে। লৈপাক ইখোয় পূমনা চৎনা লাংগোই শগোল শামু য়াওনা অস্ত্র খূৎশূ খুৎলাই মতি ময়া শাবা খৈবিকপু

---

য়াংগোইরৌবা—লৈহৌবা। মমদা হুম্না—হুন্দোকলমহুনা। অমন থমলৈকুমখিরবগী—শিরহুনা। লৈপাক মপু নিংথৌ। মানবী—শল। য়াংগোইরবদা-লৈরবদা। মিংথৌ মশানৌ—নিংথৌগী মনাউ ইবুংঙো। অমন থমলৈ কুমদনা-শিদহুনা, হিংহুনা। নুংঙাই য়াইফনা। পাল্লিয়ে-লৈরিয়ে। লৈপাক পূমনা তিম্না-প্রজা ময়াম থমহুনা। মন্ত্রনা—ব্রা তামবা ব্রাহম্নবু-হায়ববু ব্রাওাওনববু। পাত্র-মন্ত্রী। লৈপাক কোইবা অওম অথৌ, য়ায়তোও থমদোং। পায়মা লৌশিং থোইবশিংনা-জ্ঞান লৈবা ময়ামনা: লাংগোই শগোন, শামু।

থাক্তনা পুক্নেমশে হায়না অম্মম চৎলবগা কোয়ৌ নোংব ম নিনি হুমনিগী য়াংলৌ লমদাং শাংনা তাইরবদা লাইবাম্ব বাহোন চৎনা কোল্লোয় অমেণ্ডবনা নিঙ্গলুসে। য়াথং ভক্তি তৌনা নিরুম্ববু শবা থুম্লিংথৌ প্রনদ মালেম লৈকোয় কপ্পনা পীওমত্রবদি লাম শোক থমথেংননা থুংলাই মতীক য়েংনা পানগন থূংওম থিনা মুনশে ছায়না অম্মম বা তান্নরবদা লৈপাক পুম্না চৎ লাংগোই শগোল শামু য়াও, অস্ত্র খুংশূ মখৌ হেন, হুলাই লোদম তোংবা, লাংগোই শগোল শামু তোংববু মশীং পীওমদা ভেংগোন লানং লোয়নাপু ফা, পুং পেয়ে নায়া শিঙ্গা খোঞ্জেন চাউ লৈপাক মনিন নাইনা হাওরৈ অরাং লাইনা পাংবা লমদা যাত্রা খোঙশাল্লকলে হায়দবরা? য়ায়রেক মশীং য়াম য়াংলৌ লনদাং ফাং, হুনিং শীংবম য়ামনা লাকলক্লবগী কোয়ৌ মুনিং নিনি হুমনিগী লমদম য়ারেককম্বু য়ৌবদা য়িখ্য মরৈপাক্কী পায়মা লৌশিংথোইবা লৈপাক থূংথুম চনবশিংবু লাইবাম্ন ফুচা বাহোন শীথিরে হায়দবরা? শব্যা মরৈপাক শেনবী চৈরাপ বায়েন শঙদা কবো পাত্র অঙবা শেনবা চৈরাপ বায়েনশঙদা লেংনা তিন্না য়াকাঙম্বদা বায়থুংলুবে হায়দবরা।

---

অস্ত্র- সং) থুংলাই। য়াংলৌ-লম্বী। পীওমত্রবুদি-পীত্রবদি। পাংগল থূংওমথিনা মুনশে পাংগলনা নমহুনা লৌশে। পুমনা চৎ—ময়াম পুম্মক চৎহুনা। মখৌ হেন অমৌবা। পেয়ে—চীম্না কামহুনা খোংননবা যন্ত্র। নাম্ন যন্ত্র মথন অমা। শিঙ্গা—খোংননবা যন্ত্র মথন অমা। লৈপাক মনিন নাইনা—লৈপাক মীয়াম হোতুনা। হাওরৈ অরাং লাইনা পাংবা লমদা—অরাংথংবা মায়গৈরোমদা। খোঙশাল্লকলে যাত্রা তৌরকলে। য়ায়রেক—অহিং লেকপা। য়াংলৌ লমদাং - লম্বী। বাহোন শীথিরে—লাইবাম্ন থাথিয়ে। লেংনা তিন্না য়াকাঙমবদা—লভা মম্নাম তিল্লম্বদা। বায়থুংলুবে -

শব্যা লৈপাক কোইথশিংনা শেনবী ইথোয়গী ইরৈপাক্তা লাইবাক ফুচা রাহোল্লবা অসিবু শেনবী সনা লৈপাক করম্বনো? রায়ম করি লৈথগী লাকপনো হায়না পাউ হংখবু হোয় হে শব্যা লৈপাক কোইথশিংও য়িশ সনা মরৈপাকনে শব্যা খুম্নিংথোদা রায়ম হায়জনীংথবু লৈবগী লাকপনে হায়ববু না তাববদা পাত্র অঙথশিংনা শব্যা মনিংথোবু পাউ কোথোকনুরবদা য়িশ মরৈপাকী শেনবী লাইবার চৎপশিংনা শমু মথূৎ লোম্না মালেম লৈদা পক্লা রাকচখিয়ে। হে শব্যা লৈমাবা ইবুংও, তা-ও। নদাইরেম ইথোয়না লাকপদি য়িশ খুম্নিংথোবু কোরৌ নোংগাখিরবগী সনা ফম্বাল হাওলে। নিংথৌ মশানৌ ইনিংথৌ খোইমোম লাইবু নীংথবু নিংথৌ সনা মরৈপাক্তা লৈএ হায়না তায়এ। মরম অতুগী ইনিংথৌ খোইমোম লাইবু নীংথবু সনা ফম্বাল তোংনবা নিজগে হায়না নিংথৌ নখোঙ থাবু ইন্দাল্লকএ। নিংথৌ রাইফবনা থৌজান্না সনা ফম্বাল হাওন্‌ জনবিগুনো হায়না পুরুমজখিয়ে। রায়ম মতৌ অমস্তুঙ নদাইরেম পাত্র অঙথশিংনা হায়জবকপদি নিংথৌ নঙনা থৌজানবিরবদি পাঙ্গন

---

য়ৌকরে। শেনবী ইথোয়গী ইরৈপাক—কবো ইথোয়গী লৈবাক্তা। ফুচা রাহোল্লবা অসিবু—লাইবার লাকলিবসিবু। লৈবাককোইথ-শিং—ও—অঙথশা। শব্যা খুম্নিংথোদ—শব্যা লৈবাকী মহারাজদা না তারবদা—হায়বা তারবদা। মনিংথোবু—মথোয়গী মহারাজবু। শমু মথূৎ লোম্না—মথূৎ লোম্নহুনা। মালেম লৈদা পক্লা—মকোক লৈপাক শোকনা। লৈমাবা নিংথৌ। নদাইরেম ইথোয়না—ননাই ঐথোয়না। কোরৌ নোংগাখিরবগী—শিগ্রবগী। মশানৌ—মনাউ থিপ। নরৈপাক্তা—মহাকী লৈপাক্তা। সনা ফম্বাল তোংনবা—নিংথৌ ওইনবা, সি হাসন কানবা। নিংথৌ নখোঙথাবু ইন্দাল্লকপনে—মহারাজগী সনা চরন্দা লাকহবনে। ইন্দাল্লকএ—য়ৌনবা লাকএ। সন ফম্বাল মাঙহনবিগুনো-নিংথৌ থুরম যুংহনবিগনো। পুরুমজখিয়ে

খুৎঙমখিনা মুন্নসে হায়্নমরকএ। অন্নুম য়াকৎলবদা শব্যা লৈপাক কোইবা প়ৃন্নমা নিংথৌ লৈকোয় ফম্বনচিংবা উনবী প়ৃকনীং গুকনা নীংখনখিয়ে। মতৌ অসিবু করম তৌসিবনো। ইষ্টদেব গুরু অথোইবা অসিবু পীখিদ্রবদি হুয়েন লানশোক্লসে লানশোক খুৎঙম খিনা ঙমখিববদি ধর্ম্ম লমদাংশাবু থোক্তুবরা? সনা ইরৈপাক্তা য়াবম ফত্তা থোক্কে তৌববু মাল্লে মতৌ করম তৌসিবনো? হুয়েন লান শোক্লসে হাযবম্লুও নিংথৌ ঐগী প য়মা উনগোয়মুংদা নীংখমবদি দেবগুরু অথোইববু পাউ কৌরুও। গুরু পুকনীং মতুং ইন্না শংলৌ থৌরাঙসে হায়না গুরু অথোইববু পাউ কৌহল্লুববদা শব্যা লৈকোয় ফবনা য়াথং ভক্তি তৌনা য়াহমখিয়ে। নিংথৌ থরায় ইমিরেনগী ইষ্টদেব গুরু অথোইবা-ও য়ারম মতৌ করম তৌসিবনো গুরু নওপী য়িব নরৈপাক্তো নিংথৌ লৈকোয়ফম্ববু লৈত্তবে। গুরু অথোইবা নওবু সনা ফবান তোংবিও হায়জরকএ। নিংথৌ ঐনা পীদরবমুও হুয়েন লান শোক্লসে হায়্নরকলে। থৌয়্নম করম ওইসিবনো গুরু পায়মা উনগোয় মুংগী প়ৃক মতুং হন্না শংলৌ থৌবাঙ্গে। মদাইরেন ঐগী সনা ইরৈপাক অসিদা

---

-থুকুমজখি। পাংগন খুৎঙমখিনা–পাংগল খুৎথোকননা। লৈপাক কোইবা—অঙম অথৌ। পুন্নমা—ময়াম, ওন্নমক। লৈকোইফম্বন-চিংবা—নিংথৌনা চিংজুনা। উনবী—প়ৃকনীং। হুয়েন — লান। লানশোক খুৎঙমখিনা ঙমখিরবদি-লান্দা শাখিনা ঙমথরবদি। পায়মা উনগোয়মুংদা নীংখনবদি-প়ৃকনীংদা নীংবদি। পাউ কৌরুও—কৌথৎলুও। প়ৃকনীং মতুংইন্না—পান্না মতুংইন্না, মীংবা। শংলৌ থৌরাঙসে–থৌরাঙ তৌসি। লৈকোয় ফবনা-নিংথৌনা। য়াহমখিয়ে —য়া হায়খি। মরৈপাক্তা – মহাকী লৈপাক্তা। নিংথৌ লৈকোয়ফম্ববু লৈত্রে—নিংথৌ পান্দ্রে। সনা ফবল তোংবিয়ো হায়জবকএ- নিংথৌ ওইবিয়ো হায়জরকএ। পায়মা উনগোয়মুংগী প ক মতুংইন্না-প়ৃকনীং

নিংথৌ ঐগী লৌশিং হিথাংফম্বু ওইনা লৈবিগে নীংহিম্নবদি গুরু থব্রায় ইমিয়েন নওবু হায়দবগী লাংবন কৌজেঙ চোংবাঁচা কৌজেঙ মপুম্মক্তমুক্ত য়িশ্ব মরৈপাক্কা পীথিরোইএ। গুরু পায়মা উনগোয়ন্নুংদা লৈপাক পোক্লফমনে হায়না হন্নিংলবদি লৈপাক ইঙাইরেম্নে চান্না মহৌশাবু গুরু পূকনীং মতুং ইন্না শংলৌ থৌরাঙলগে হায়না পাওমেনববু না ভারবগী ইষ্টদেব গুরু অথোইবদি উনবা পূকনীং চৌকনা পাওমেনববু না ভারবগী ইষ্টদেব গুরু অথোইবদি উনবা পূকনীং চৌকনা পাউথুমখিয়ে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও কোল্লোয় নয়াথংবু য়ারম অওকপা মহাকনে। মদাইবেম ঐগী য়িশ্ব পোক্লফমবু অমা ভৈনা লৈতে। নিংথৌ মওনা পোকপা নপারিবু ওইরবমে। শব্যা মরৈপাক অসিবু নদাইবেন ঐগী পোক্লফম্বু বওইববনে। য়ারম ভোওানবা মরম্ থল্লুবিরগনো। ভৌইগুম য়ারম মতৌ অমদি রাজা নিংথৌ মপারি শিংবু লৈপাক থুননিংথৌবু ওইনগে হায়না নিজরম্বদি পীদফরোইএ নিংথৌ নওম্নুঙ চৌংঙু থোইনা লাইবক ফবনে। থাউমৈ মথোঙ অমত্তনা মতোন থাউমৈ য়ামমা লোওবা তুকুম্বমে। লৈপুং জোংয়ে

---

মতুংইন্না, অপাম্বা মতুংইন্না। শংলৌ থৌরাঙ্গে—থৌরাঙ ভৌজগে। নদাইরেন ঐগী—মনাই ঐগী। লৌশিং হিথাংফম—ব্রাহ্মণ খন্নকম। থব্রায় ইমিয়েম মওবু—ঐগী থব্রায় ওইরিব মহাকপু। লাংবন কৌজেঙ চেংবাঁচা কৌজেং। পায়মা উনগোয়ন্নুংদা—পূকনীংদা। লৈপাক ইঙাইবেন্নে—চান্নবা লৈবাকনে। শংলৌ থৌরাঙলগে—থৌরাঙ ভৌরগে। কোল্লোয় ময়াথংবু য়ারম অওকপা মহাকনে—ভাকপিরিবা সনা য়াথং অচু অচুম্বনি। অমা ভৈনা লৈতে—অমা লৈতে। মপারি—নগানিপ। ভৌইগুম—ভৌইগুম্বম্নুং। রাজ নিংথৌ মপারিশিংবু-নিংথৌমচাশিংবু। লৈপাক থুননিংথৌবু—নিংথৌ। পীদফরোইএ—পীদবা ফত্তে। চৌংঙু থোইনা

শিঙ্গা খোঞ্জেন চাউ পেয়ে শানৈ খোং লাইবার ভাইরোয়ননা ময়ান লুহোঙ খোঙদোংখিত্রে হায়দবরা ? য়িশ্ব মরৈপাক্তা রাই-থুংলবগা তন্না মিংথৌ সনা ফম্বান তোংলবদা মমান নিংথৌ মদাইরেমবু লুহোঙখোঙদোং থিমবিরকপা থৈবিপম্বুঙ সনা চংলৈরেম লুপা থেনমাই লাংনা লমকুজরবদা মরাম ওন্দেখিয়ে হায়দবরা? য়িশ্ব মরৈপাক্তা শ্রীধনঞ্জয় লাইবু নীংবগা শ্রীভানু মতৌ মুংওনবীগা অনী-মকমা সনা ফম্বান তোংলে। মপারি দেব নারায়ণ অহনবনা য়ুবরাজ মধংগীবু ওইরবগী য়িশ্ব মরৈপাক্তি সনা সেনপাক চাকচানবা ওমথৈ কনাদা মীপীদনা মুংঙাই মরাং কায়না পালে হায়দবরা ? য়িশ্ব থুননিংথৌ শয্যা লৈমাবা নিংথৌ লাইবু নীংবা অনীমক্তো মঙাই ঙাইরাংচানবু ওইনা লোইদাম কুম ওমথিবা থুদিংদা নিংথৌ চেংলৌ শক উনা সন্দেশ খুদোন য়াওনা লৈপাক মিংথৌ পানবা অনীনক্তো অসুম থৌজান লিঙনৈএ হায়দবরা ? শ্রীধনঞ্জয় লাইবু নীংবা হায়বদো শিক্ষা সোরারেন খোইমোম নোংলোন অপাইবা লাইবু ফুরা লাইয়ুমগা শী লেন লৈয়াম হুন্না খোইমোম লাইনীংবাগী

---

লাইবক ফংনে নরাইবক য়াম্না ফংনে। তুকুম্বনে—মতুঙগংনে। লৈপুংতোংথৈ-লৈবাক পুংজাউ য়ৈছুনা। লাইবার ভাইরোয়ননা—পাউ লাকপশিং অতুগা লোয়ননা। রাইথুংবগা—য়ৌরগা। তন্না—থৌন্দনা। মমান—মমু। সনা চংলৈরেম লুপা থেমমাই লাংনা লমকুজরবদা সনা লুপা য়ামনা পীরবদা। মরান ওন্দেখিরে-ময়ুনদা হনখরে। মপারি .... .... .... য়ুবরাজ মধংগীবু ওইরবগী - মচানিপা অহন দেবনারায়ননা য়ুবরাজ ওইহুনা। সনা সেনপাক চাকচাননা—অরাং অপা লৈতমা মুংঙাইনা পান্দনা। মঙাই ঙাইরং চানবু ওইনা-য়ামনা চামনা থিন্নবা ঙ ইশেন ওইনহুনা। লোইদাম—খা। লিঙনৈত্র—থিন্নবা লৈএ। খোইমোম নোংলোন অপাইবা-লাই।

মরেক য়েকনা ওয়বস্থ মতোন য়োম্না পূখো পুনশি চহৈচা চীংবু নোংবু শাংনা পানববু তানফংলে হায়দবরা ? রাকমনা যে সাধু চীংগু লাইরক কবা মহাজন খোইমোম লাইবু নীংবাশিংও নখোয়স্থ তোমোই মমা নূংলকপবু তানফংজৌও। ধর্ম্ম মরম্বচং চংমনা কর্ম্ম মথৌরাও শোয়গুমো। শ্রীধনঞ্জয় লাইবু নীংবস্থ লহান লাংওম অমরক্তা মুনি খোইমোম লাইনীংবগী মশানগুন লরাই য়ুপ্‌ংকোই য়ুনারেক চিবামৈশাংবা ককলাং লোঞ্জা থেং-কো থমা য়াওরা পৃকখোককাং চরৈ কিরাক চডনা মপারি হাথনা মমোম নাউমৌরবগী জীব থরায় হাংদা কংদৈ মশূনাঙদা হুন্থরে। অতূপীবু চিবা মপাপ চত্তবনা হৌজিক লাংওন অসিদা তাল্লেয় শেংনবা মপারি থাইনববু লান্নংলবনে হায়রম্মে। হে গুরুজন চীংগু লাইরক ফমশিংও থৌরম লান্নংলবা অসিবু মেনা কর্ম্ম মথৌরাও শোয়গুনো। তাইবঙ নমু পোংওইবা ইথোয়বু হাকথক লাংওন আসগী ইকৌ তুই অয়োনবনা হয়েং লাংওন অমরক্তা চীংগু ইরাইবকপু ওইনেয়ে হায়ববু থডনা ধর্ম্ম নরমচং ওইনৌ ও। খোইমোম নোংদম-

---

শীংলেম —লৈ। চহৈ—চহী। চীংবু নোবু শাংনা—হুমিং কুইনা। তানফংলে—ফংলে ॥ রাকমনা—লাইরিক লোবমা। তনফংজৌ—কংজৌ। লহান—থারনা, মমাকৈতুদা। লাংওন অমরক্তা—মপোক অমুক্তা। মুণি খোইমোম লাইনীংবগী—মুণি কোরৌ লশাবগী, লাইনীংবগী। মশানগুন—অবতার, লাংওন। লরাই য়ুপুংকোই চিবা মৈশাংবা—উচি। মপারি হাথনা মচানিপা পোকপা। মমোম—মচা নুপী। নাউমৌরবগী—পোকসবগী। কংদৈ—গ্‌মাও। চিবা—উচি। লাংওন—মপোক। তালোয় শেংনবা—মতু কায়নবা। মপারি থাইনববু লান্নংবনে—মচান্নিপা কায়মবা নংবনি। তাইবঙ নমু পোংওইবা—মীওইবা। হাকথক লাংওন অসিগী—মপোক অসিগী। অয়োনবনা

খোমবু অমা তৈনা লৈতে। চুমায় ফুশাবনা মালেম লৈফু শাবগুম মতোম মতোম শক্ মহকসাংবু মশাকবনে। শংলৌ মখৌরাওডি তরা চাখোপ অথনবমুগুম্বনে। চাখোপ অথনবা অহুদা পামেন য়াংলি মকুগী হামৈ মপাক অমবু হাপচিল্লবগা বাংলৈ য়ু খোকপা তুগুবনে। খোইমোম মরনচুদি পামেন য়াংলি মকুগী হামৈ মপাক অহুগুবনে।
হায়ম অসি থওমা লাংওন পোকনফম্বু য়েংও। হায়ম অসি থওদবা হৌড়িক লাংওন মাদা পাল্লিবা নত্তায়বা ওইনা মমীংবা ইখোয় অসিশিংগীদি লাংওন হম্ববা বা নত্তায়এ। খৌরম ঐনা তৌখিবা অনিমা তাইবঙ অগ্না লাংবু ওইনা লাংথ্ মিকুপ হাওদনা কোংপুং ঐমমথীবু ওইনা পুথবিয়ে হায়ববু থওনা শংলৌ খৌরাওএ। কর্ম্ম মলাংওন ওইনবা খোইমোম লাইগী খোওজিল্দা সাক্ষি তরেৎমমা নত্তৌ অয়োনববু কোরৌ নোংপুমমবু হাওবা লৈতনা শীংবী মহু খোকনা শীংথারিএ। হয়েং সময় মতম খোকখিরবদমুও লোয়মা মণ্ডগী নপাতাউ অপাম পূকনীং চওবা চেংলৌ শকপান খোংবু মাম্নবা পুন্নুং লেপপাম্থোংবু চুনবা চমৈ ফিমায়মা কোল্লোয় মিং মামবা

---

—অয়ানবা থবক তৌখিবনা। খোইমোম নোংদমখোনবু—লাইনা তঙবু। তৈনা লৈতে—খোইনা লৈতে। চুমায়—চফু শাবা। ফুশাবমা—চফু শাবনা। মতোম মতোম—মথন মথন্দা শংলৌ—খৌরাও। তরা—চাক, চেও। পামেন—উ। বাংলি-য়ু গুংবমা হাপ্পা উ মহু জাং অমা। বাংলৈ—য়ু। তুগুম্বনে—অহুগুবনে। খোইমোম মরমচুদি—লাইগী খৌজাম্বি। লাংওন পোকনফম—মপোক পোকফম। লাংওনমাদা—মপোক অমদা। কোংপুং—কোম্পুং। শংলৌ খৌরাওও—খৌরাও তৌ-ও। নত্তৌ অয়োনববু—অয়ানবা মত্তৌবু। কোরৌ নোংপুমবু হাওদনা—মোংমতা লেপনা। শীংবী—শীং। লোয়না মণ্ডগী নপাতাউ—নহাকী মরুপ, লোয়নবা।

কোয়ৌ মোংজা খুদিং অহিং মুংখিন নাইদমা য়াংলেন পুংজা মরম হাওদনা লোয়নখিবদো অচুমা সাক্ষি য়াচুমলগদবনু মরৈরিএ হায়রবু খওনা পায়মা লিংজেন চুম্মো। গুরুজন লাইওইনবা অচুশিংগী লমলোই খৌদিক খোনবু য়ামম অওকপা মহাকমে হায়মা খজিল্লো। সাধু লেংনজিনবগী কোয়োম ময়াথং অসিবু পুখিহন্না য়াম্ম খনুদ্রবদি লাংওন মপোক তাখিরবা মশেল্লে। সত্ত্ব গুণ রজ গুণ তমগুণ অচুম্মবু য়েংও। গুণ অচুম্মকী লাংওন মত্তিক য়েংমা শংলৌ খৌয়াজও। হয়েং মতম খোকখিরবদস্তুও গুরু অখোইবা অচুশিংগী সনা মখোওখাদা পুকনীং ভক্তি তৌনা পুরুমজবনে। হে সাধুজন খোইমোম লাইবু মীংবশিংগী সনা খুয়া খম্বালবু শমু ইকোক খজা হাপ্পুন্না পুরুমজবনে। ইমায় নোংমেম লাইনা পাং খোংলেন ইমাদ কৌবা চীংবং লাইনা পাংবা চমদা হয়ি চা হয়া লাউনা কোনশিল্লমগে হয়া হে হয়ি চা হয়া হয়ি-ও।

---

চেংলৌ শকপানখোও—শক। পুমুং–ময়েপ। কোয়ৌ নোংজা খুদিং—মুখিং খুদিংগী। য়াংলেন পুংজা মরম হাওদনা—পুং অমত্তা পোথাবা লৈতনা। পায়মা লিংজেন চুম্মো — নরিম শেংও। লমলোই–মরূপ। খৌদিকখোনবু—মাথংবু। সাধু–মী অফবা। লেংনজিনবা–সত্তা জিনবা। কোয়োম–য়াথং। লাংওন–মপোক। তাখিরবা হয়খরবা, তাখখরবা। গুণ মখল অচুম — সত্ত্বগুণ (moral goodness) রজগুণ- ( sanguine temperament তমগুণ (mental darkness, ignorance) পুরুমজবনে— খুরুমজবনে। শমু ইকোজা হাপ্পুন্না–কোকথক্তা থাংলত্নুনা, কোক্তা হাপ্পুনা। নোংমেম—অরাং। লাইমা পাং – অরাং পাংবা, অরাং ওন্দুমা।

---

## মাহৈগী অর্থ

### অ

অকি পূকনীং চঙবা—পূকনীংদা অকিবা পোকপা

অঙানবা খোঙলেন থমখিরবগী—হুমিৎ আপ্রবগী।

অঙৌবা – অঙোম।

অচাউ লেপফারকলবা—চাউরক শাংলকলবা।

অতাপ্পা - অথাপ্পা, অরাপ্পা।

অতৈবা—পূকশেংদবা, মপূক মাংবা, ফত্তবা।

অথুপ্পা অ্যাশিবা।

অদোন—থুমন নোংমায়।

অপাম পূকনীং চঙবা—থরায় তাবা, পাম্বা।

অমন খমলৈ কুপ্বা – শিবা, নোংমনবা।

অমন শিখোদ্বিবা — পোৎ-লোইবিবা; সংস্কার তৌবিবা।

অমন শিরাই ভমকুমলবা — শিগদৌরবা।

অমা তৈনা লৈতে—অতোপ্পা খোইদোকপা অমা লৈতে।

অমেঙবা - অথোংপা।

অয়াং—ওয়াং, হৌখিবা মথকী হুমিৎ।

অরাম তমপাক শঙ—যুবরাজগী শঙ্গাই।

অরা হুকচোক লাংবা – রাখমা চোকথরবা, রাখমা তপ তাবা।

অশৈ ঈশৈ।

অসাই – ওসাই।

অসি—ওসি।

অশি কোরৌ হুমিৎমাদা ওসিগী হুমিৎতা।

অহিং খোমলেন তুমগন্দনা—অহিং মিৎককলা অমত্তা উইদনা।

অহেমবী--অথোইবী।

অয়োনবা—অয়ানবা।

### ই

ইখোয়গী – ঐখোয়গী।

ইঙাইমোই—ইমোয় ইনাউ।

ইদাইরেম ইনাই।

ইদাইরেম শিংও ইমাইশা।
ইন্দাল্লকপা-য়োনমবা লাকপা।
ইনিংথৌ—ঐখোয়গী নিংথৌ।
ইনুং - অহিং।
ইনুংমদা—নোংমগী অহিংদা, অহিং অমদা।
ইপাতাউ—ঐগী মরূপ, ইপিজ
ইপারি—ইচা নিপা।
ইপান্নি শাংতা ঈথোম কুমুদ-মবগী—ইচানিপা নুপী পোক্রুবগী
ইবিঙ্গা - ঐখোয় অনী।
ইমিড থোঙ—মনাংথোঙ।
ইমু থোঙ্গাওননা ইত্তৌশাগ্রাইননা—ঈশিংদা থোঙনা কাউহুনা।
ইনোম—ইচা নুপী।
ইশঙ লৈনা বন—শঙ থন্দুনা।
ইশানৌ ইনাউ।
ইশানৌ লৈরাং অত্তোনবা-ইমাউ নিপা অত্তোবা।
ইশাবি—ইয়াহা, স্বাদা।
ইশাবি লাংলেন রাপীহন—ইয়াম্বা অহম।

ঈ

ঈদা—ঈশিংদা।
ঈনপ্‌কহুংদা—ঈন মহুংদা।
ঈনফুই তোমগা লংনা—ঈন লংহুনা মিপা ঈন থোন্দুনা।
ঈনফুই মায়রং শোনবা—ঈন শোনবা
ঈরানবা—ঈশিং লানবা।
ঈরাল্লকপা—ঈশিং লাল্লকপা।
ঈরোম্‌হুংদা—ঈশিং মহুংদা।
ঈরেন থাকুপ হৌনা—ঈন চিংহুনা।
ঈরেন পনওমগে তৌগুমলবা—ঈনগী নাম্থোকুনা চৎথিগে তৌবা।
ঈশোকলম—ঈশিং শোকক্কম।
ঈয়াম - ঈশিং ময়াম।

উ

উনবী—পুকনীং।
উনবী পুকনীং চঙনা - মুঙ্গা, পুকনীং চঙনা।
উনবী পুকনীং য়াংবা—পুকনীং তয়াং তশোইবা।
উরুক—খুদং।
উরেপ চারা—মচা মশু থারা নাপা।
উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা—কোন্না পোকপা, অতেম্বা।

ও

ওকলেম - ওক।

ওন্সেখিবা—হমখিবা ।

ওন্সেয়কপা—হন্নকপা ।

ওমা ওমা নীংথনবা-পুকনীংদা মওন মওম থনবা ।

ঔ

ঔরী-থৌরী ।

ঔরী লীয়াম্ন সোপ—থৌরী তিংহুবা ।

ক

কনা থাজনা — মী অমত্তা চিংথন্দমা ।

কাইরৈ—য়েন ।

কাইরৈ পোন্দাইলাকনা-পোলাংদা য়েন হাপ্তুনা ।

কাইরৈ য়েমথোং থোম -য়েন থোংবগী খোঞ্জেন ।

কাওজনবা—নূপী থাজবা ।

কূমশীং নাউপুদনা-মীয়োন্দুনা ।

কোয়ৌ অচু থাওবা-মোংমংবা ।

কোয়ৌ অচু সুমিৎমদি-সুমিৎ অচুমদি ।

কোয়ৌ ইনোংথৌ — ঐগী ইবুংঙো ।

কোয়ৌ সুমিৎমম - নোংমগী সুমিৎতা, মোংমা অমা ।

কোয়ৌ মোংগাখিরবা-শিধবা ।

কোয়ৌ নোংজা থুদিং - সুমিৎ থুদিং ।

কোয়ৌ মোংমলোন - অভিন্না কুমথরকলে - লাকলে ।

কৃথোই - করি থোইদা ।

কোঙয়াং - বা ।

কোয়ৌ - অভিন্না, সুমিৎ ।

কোয়ৌ অচিনবা মাথন অমংবা - নোংথি মোংমংবা ।

## থ

থঙলোদে—থঙহৌদে।

থমথু অয়েং চেংবা — লায়য়া চুথবা।

থাংচেং পোংপৈবা—মী ময়াম তিমবা, ভয়া মচা তিমবা।

থাবী—মৈ।

থাবী পমঙমলকপা—মৈয়ুংদগী চেন্থোয়কপা।

থাবী মৈপূকয়ুংগী—মৈয়ুংদগী।

থাবী মৈপোক থোকহমবা—মৈ চাকহনবা।

থুমগঙলোই মঙোন—থুন্দোম, থুনগী অয়োইবা মফম।

থূকঙ্ক হংমা তোমবা—খোঙ-তেকপা।

থূজেংহংজি লাকমা — থূজেং পায়য়ুমা।

থূদাং পিফম তৈনা—মথূদাংদা মপি তৈহনা।

থূয়া থৌবী মরাক চাম্বা—চং-লন্দুমা থূয়া পাশিল্লকপা।

থেল্লাই—লাইবক।

থোইমোম—লাই।

থোইমোম মোংদমথোন — লাইনা ভবা।

থোইমোম মোংলম্বা — বিধি মোংলম্বা।

থোইমোম মোংলোম অপাইবা লাই।

থোইমোম ময়নকু — লাইগী থৌজান।

থোইমোম মশানওন—লাইগী লাংওন, অবতার।

থোঙলোয় — পাখে'ন চংপা, পাখোল্লোয়।

থোঙশাল্লকপা — যাত্রা তৌয়-কপা।

থোমলাং—থোম।

থোমলাং ঈথৌলাংলবা - থোম লামলবা।

থোমলাং ঈনৌ ইমবা—থোম পীথকপা।

থোমলাং চাইজি ইহমবিবা—থোম ইনবিবা।

থোমলাং চাইজি পিশিন শুম্বা —থোম শুম্বা।

থোমলাং পীবুক থজ্রবা — থোম মপূক থজ্রবা।

থোমলেন মঙপাউ ভম্বা মঙ লৌবা।

থোমলেন মঙলামচান মঙ

খোমলেন থিংশাদ্বা-তুমনীংবা।
খোমলেন য়াতাখিবা - তুমখ-খিবা।
খোয়জি ইথক হৌবা-পুকনীং ঈবাঙ লাওবা।
খোয়ম লাই।
খোয়ম মোংদমখোন—লাইগী নোংদম, লাইনা ওম্বা।
খোয়মা নাপী।

ঙ

ঙকখি লুনলাং কোন্না - মঙক-শমদা কোন্দুনা।
ঙাইখম্বিবা - ঙাইবিবা।
ঙাইথাংবা - মোন।
ঙাইথাওননা - মোন থাওহুনা।
ঙাইনোকনবা—নোকনবা।
ঙাইরোয়ননা - লোয়ননা।
ঙাকিয়োং—ঙাগিহোম।

চ

চরৈ - ফি।
চরৈ অয়িন তামদা - ফি ইন্নবা শারাং অপা লৈতনা।
চরৈ কিশাং হাইবী - ফি শূবী।
চরৈ লোংদোন য়াম্না লোংবান্দা ফি য়াম্না।
চরৈ হকল খোংনিংদবা মশাদা ফি খোংনিংদবা।

চাউখোইবা-খোইদোক হেল্লোকনা চাউবা।
চাকমফরোই - চাকচাবা কুম্বা য়ারোই।
চাকোবাই চাগাফম, চীজাক থিকম।
চাংজো চেশনা লোম্না—মথুং লোমনা।
চাংদোম লৈয়াই।
চাওংদবা - চাক চাদবা।
চাথংদনা চাক চাদনা, চয়া হেন্দুনা।
চানা - নাপী।
চাঃজৌ - লা।
চীংঙু—লাই।
চীংঙু নরনকু-লাইগী ঐজাম।
চীংঙু লাইবকথৌবী - লাইবক চাউবী।
চীংনুং শোয়রাইদম - নোংঙাল্লনদাই
চীংলেন-চীং অচৌবা।
চীংলেন মোংলাউথিগুম মীকপলকপা-নোং খোংবগুম কপলকপা।
চীংশোং লমহৈনবা - লমথুম্ব, চীংখুম্ব।
চীনওক্লনা — মায়োক্লনা, আয় ওনশিন্নহুনা।

চীনকূপওম্বা—মচীন ভেংলবা।
চীনদিম্না—চীমথুম মান্না।
চেকলা—উচেক।
চেংলৌ—মিং।
চেংলৌ মিংথিংলবগী—উরবগী।
চেংলৌ মিংফম তাওবা—,
মিত্তাওবা।
চেংলৌ শকোন্ন হেনবা-মশক
মঙৌ চঙখোনবা।
চেংলৌ শকপানথোন্ত—শক।
চেনগারকপা—চন্না চেন্না
কারকপা।
চৈরৎপা-তোকপা, লেপ্পা, মথা
তাদবা।
চৈরাপ-ন্নায়েমশঙ।
চৈথৈ—কি।
চৈয়োয়নবা লোয়নমা
চোয়নৌ—লনা।
ডিঙ্গা—হিডিঙ্গা।
ডিঙ্গা লনওনবা—হিডিঙ্গা
লল্লোনবা।

### ত

তমবা-নিপা।
তনবা—ফাইকুনা লৈবা, পনবা।
তরা—চাক।
তরা অমা ন্নাংহন্ননা—চানা
থক্কবা পোং অন্নাংপা লৈহন্ননা।
তরা চাকুমকয়োই-চাক চাবা
কুমকয়োই।
তরা থুংপুম পীদনা—চাক চাবা
ফংদনা।
তরা চাকনীংথাক—চাক অয়েম
অপা।
তরা লুকতংবা—চাক চাবা।
তল্লা—উ।
তল্লা হোই চিংথংলকপতুকুম্ববু
—উ চিংথংলকপা অচুগুম্ববু।
তয়ুম—মনাই।
তাইবঙ নোংসাপাম—তাইবঙ
পানবা।
তাউদনবা-ন্নুমিং।
তাউদনবা ন্নাংনা কান্নকপা—
ন্নুমিং কাথংলকলবা।
তাউবা—হুয়।
তাংজা—কেকেলু।
তাংজা লিল্লাথি—লিন।
তাংজা লমেন তোম-কোকথক।
তাপুং শিংমিন্নবা—লৈমা লৈনাউ
তাবীগী ম নিপা।
তামবা—ন্নাংপা।

তায়া—(সং) থৌরানমীচাক ।
ডিদা হাকয়ৈ—হিডিদা ।
তিমেন—তা ।
তিল্লাং খোয়শাউদা—খোয়দৌ শাউগৎনা ।
তুহুম—অহুগুম ।
তুন্নুং—লং ।
তোংচৈং মায়ওক্লরিবা—থৌরান মিচাকতা য়েংহনা লৈরিবা ।
তোংজেং—হি ।
তোংলেং মশীং থীওমদনা ....
থৌরানমীচাক মশীং লাকপা ওমদনা ।
তোরৈ নমশাং ইন্না—তুবেনগী তোরৈ মতুংইন্না ।
তৌইগুম—তৌইগুমত্তু ।

থ

থরায় লাইখৎনা—মিপাই থবাইনা, থনক হুন্না ।
থবাক লীকশিন্নম—থবাক ।
থবি থেওনা খোয়কপা—থা থেওনা খোবকপা ।
থরায় লাইকম ওমদবা - থরায় কনবা ওমদবা ।
থাওজা—লৈকাই ।
থাওজা হেপ্পা—লৈকাই কোয়বা ।

থাওলেন—থাওশাং ।
থাওয়ি তাউবুং খোংদোবা— চেংলৈশী নিংথৌ থাওয়ি খোং য়ক্ষগী মচা-চেংলৈশী মিংথৌ ।
থানিন নোং—পুর্ণিমা তুমিৎ ।
থিংলৌ মীংনা তেনা—অমুক হন্না ।
থীকলেম থাগা ফ—মথবাক্তা থক্তুমনা থাবা ।
থোইজিল্লকলবা-হেজিলকলবা ।
থোংনাং—ময়াং ।
থোংনাং মাস্থোয়ী—থৌয়ী ।
থোওলেম মাতৈ কাওবা—থোও হাংদোকপা ।
থোকাউদবা—কাউদবা ।
থোখামওমদবা - খাবা ওমদবা· থিংবা ওমদবা ।
থৌদিকথোম—য়াথং ।
থৌহু—নুং ।
থৌথী—থৃয়া ।
থৌথী মরাক চাম্বা—থৃম্না পাশিল্লকপা ।
থৌরৈ চীংলৈবাক মালেম লৈপাক অমেওবা - চের্বাক ।
থৌশীবা—থৌদাবা ।

দ

হুম—তা ফাবা মী ।
হুম থাওশি ওমচিংবা—তা
ফাবশিংগী দুচিংবা ।
হুলাই খোঙওইননা—দোলাই
তোংহুনা ।
হুলাই লেংবু খোঙওইমা—
দোলাই লেংজাউ তোংহুনা ।

## ন

নগর খুনগওলোই মহতান—
খুন্দোন ।
নদাইরেম—ননাই ।
নবিঙা—মখোয় অনী ।
নমু—মী ।
নমুপোৎ - তাইবঙ মী ।
নমু পোৎপৈবা—ভরা মচা তিনবা
নমু মীতমথী—মুংশি হৈতবা
ফত্তবা মী ।
নমু মীমচম—অচবা মী ।
নমু মীয়াম-মী ময়াম ।
নমু মিমচঙনা-মীগী ময়ুম
চঙহুনা ।
নমোম-নচা নূপী ।
নরাম—ময়ুম ।
নরিতৈনে—ওইরিগনি ।
নশানৌ—ননাউ মিপা, ননাউ
ইবেম্মা ।
নশাখি—নয়াম্বুং, নয়াখা ।
নাইথাঙ - ননাই মথাঙ অমা,
ননাই অতোপ্পা ।
নাউমৌবা—পোকপা ।
নাউরোয়বা অঙাং য়োকপা ।
নাউবা-অঙাং ।
নাউবা মখোকলকপা-মখোক
কারকপা নাহা ।
নাউবা শকহেনবা-মশক ফজবা
অঙাং ।
নাউহম্বা-অঙাং খেন্নবা ।
না তাবা—তাবা ।
না তারোৎবগী—তাহৌবগী ।
নাপা লোমহাননা-নাকোংদা
তুমিন তুমিন থা হায়ননা ।
নাপেৎ-শন ককপা মী,
হাজাম ।
নাবা অঙাং ।
নাবা নথুতৈ—অঙাং ওইরিতৈ ।
নাবা মখোকলকপা—ইমথৎ-
লকলিবা অঙাং, মখোক কাখৎ-
লকলিবা অঙাং ।
নাহামুথী হনু হনা-নাহা অহন ।
নিংতে হনবাইবা অমুক হন্না
চৎখিবা ।

মিংথৌ মশানৌ নিংথৌগী
মমাউ নিপা।
নিন্দুং-শিথরকপা থা, কৃষ্ণ
পক্ষ।
নিম্মাং—পানথংলকপা থথায়,
শুক্লা পক্ষ।
নীংথনবা—প্রাথম তৌবা।
নুংওন থোরবু কারবা-পুকনীং
নুংশিখনা থমোয় কায়বা।
নুংওন পুকনীং পুকনীং
নুংশিবা।
নুংওনবী-নীংথিজবী।
নুংওনল্লিবৈদা পুকনীং নুংশিনা
লৈরিবৈদা।
নুংবান-ল্যুরাং।
নুজা-নুপী।
নুংজা চেংলৌ শক্তোর চেনবী
—মশক মতৌ চঙথোমবী নুপী।
নুমিৎ শীংবুম য়ামনা-নুমিৎ
য়ামনা কুইমা।
নুরা লৈশাবী, নুপী।
নুরা থুৎতৈ মায়তৈনবা নুপী
উনবা।
নোংজা-নুমিৎ।
নোংথোইতম্বা মতম লেল্লবা।
নোংথোইবা-মতম লেনবা,
তাইদুনা লৈবা।
নোংদমখোন-লাইমা তবা,
লাইগী নোংদম।
নোংদা-নুমিৎতা।
নোংদামদনা-নোংমতা লেপ্তুনা।
নোংপুম তক্লকনি-নুমিৎ
তক্লকনি।
নোংপোক শোয়মায় তাল্লকলবদা
—নোং তাল্লকলবদা, নুমিৎ
থোরকলবদা।
নোংবান-অতোব।
নোংমনবা-শিবা।
নোংমনহনলবা-শিহনবা।
নোংলোম নোং।
নোংলেনবা-মতম লেনবা।
নোং লেল্লবী—মতম লেল্লবী।
নোংলোন লাই।
নোংলোন অপাইবা—লাই।
নোংহাম্বা-থাম্বা।
নোংয়াম-থুমন।
নোংয়ায় চক্রক-অহিং নোংয়ায়
নোংয়ায় চক্রক ওমথিরবা-অহিং
নোংয়ায় য়ৌগ্রবা।

প

পনগোইতমগুম্বা কোয়শিন-
খগুমনা।

পময়ুমলকলবদি-লাহোকলক-লবদি, হেন্দোয়কলবদি।

পস্থৌ - মপা।

পস্থৌপা মচা - মপা অমত্তমা পোকপা মচা।

পস্থৌ লেপলৌশিনগুবা-মপা শকপা, মপাগী মস্তৌগুবা।

পম্বৌ লাংগোন হাওনা - মপানা নাউয়োকপিদনা।

পলেম পীথাওশিন্না — মমা শকনা।

পলেমপীমচা পস্থৌপা মচা-মমা মপা অমত্তমা পোকপা মচীন মনাউ।

পলেম-মমা।

পলেম লেপলৌশিন্না মাউয়োকপা -মমা শকমা য়োকপীবা।

পলেম পোকমাবী - মমা অপোকপী।

পাইথূ - ওয়া।

পাউ কৌবা—কৌবা।

পাউ য়াদখিবা—য়াখিদবা।

পাথং উমাংমৈ-পাথং শোইনৌ, পাথং মচা।

পাগোই-পিশূথ।

পাংমা-নাম্মা।

পাত্র - মন্ত্রী।

পানবা - কৈ।

পাম্বোম ওাইথাওমনা—পাম-বোম্বদা মোন খাওহ্নমা।

পামেল - উ।

পামেল উকৈথক্তা - উশাদা।

পামেন উরুকহুং - উগী থুদেং মহুং।

পাম্বি—মচা নিপা।

পাম্বি নাউডা য়ারুহিবা - মচা পোকনরিবা।

পালবা - লৈবা।

পায়মা - লৌশিং।

পায়মা উমপোয় মুংদা পূকনীংদা।

পায়মা ওানবা - লৌশিং শিংবা।

পীবূক - পূক।

পীবূক মুং - মপূক মহুং।

পুহুং - লফু।

পূরুমখিবা - থুরুমখিবা।

পূরুমবা - থূকবা।

পূকনীং হুংবং চওলূবা - হুংনাংবা পোকউবা, পূকনী চমম্রলবা।

পূকনীং পীবা - পূকনীং চওবা।

পূকনীং মতুং ইন্না - অপান্না মতুং ইন্না।

পূকনীং রা খিদনা - অক্ষ কত্তা থন্দনা, য়াথঙ তৌদনা।

পেরে—চীন্না কামহনা খোংনবা যন্ত্র।
পোঞ্জেং লাইচমমুং—পোন মমুং।
পোনবী - উচেক।

ফ

ফমফমগুম্বা - ফমহুমা লৈমবা।
ফান্দেং - ফাল।
ফুটা রাহোম্ববা - ভাকথোকলুবা, হায়দোকলুবা।
ফুয়বা - পোকপা।
ফৈজা (ফৈশা) পোপকেক লৈবা —ফৈজা শাবা।
ফৈরা ভান্দথোংনা—মতম্বাক্তা শমনা।

ম

মকিং নাইবা—মপুক ফত্তবা, মরিম চুমদবা।
মঙাইরোই - মচা মনাউ, মাগা লোয়ননা লাকমিন্নবা মীয়াম।
মচি—ময়াথা।
মচি চিরেকরা মনাউ মাউরেক রা—মচীম মনাউ মুংঙাইনদবা।
মচেও পাচসবু লেংমা তিন্না— শাগৈ লাতে ময়াম পুন্না।
মথংলেন - মপুরোইবা।
মথোকলকপী-মথোক কায়কপী।
মদাইরেম—মনাই।

মদোম মদোম — মহৈ মহৈ, মথোয় মশেন অমগা অমগা।
মনমথাং—মনঙ্গন্দা ইন্নবা ফি।
মমুং লীতিন্নবা — পুকয়ান্নবা, রা ভান্নবা।
মনোংশোয়বা—লোংঙানবা।
মনোংম্নায়—মশ নিপা।
মপন - মপা।
মপন তেংথামবা মীকপলকপা— মপা কৌহনা কপলকপা।
মপন্না - মপানা।
মপাউ ভাবা—মরা ভাবা।
মপাওমেন্দগী - মরাইহৈদগী।
মপারি—মচা নিপা।
মপারি শাত্তে - মচামিপা পোক্তে।
মমাম - মকুবোক।
মমোম—মচা নূপী।
মময়কু—মথোজান।
ময়ান—য়ুম।
ময়াম ওন্দেরক মচেং হুমরাই- রকপা - ময় মলোমদা হুল্লকপা;
ময়াম থাম্বী মৈপোক থাকলকপা, —ময়ুম মৈ থায়কপা।
ময়ান লোনম ঘুম।
মরৈপুং - মই থাক।
মশান ওন- লাংওন, শায়োন,

অবতার ।

মশানৌ মমাউ নিপা ।

মশাবি—মপুন্নোইবা ।

মাই য়াকল ওমদনা—ওম্মোই হায়বা ওমদনা ।

মাকমৈ—তিথি ।

মাঙশোক-ফম্মেমগী ওন্নতৈনবা মায়গৈ, য়ুমগী নাকথরোম থংবা শরুক ।

মাস্থিক—থুম ।

মানবী—শল ।

মালং অচীক থেম্বা—মুংশীং লাংবা ।

মালেম লৈকোয় ফম্বা—ময়াম লেপ্পা, নিংথৌ ।

মালেম লৈদা—লৈপাক্তা ।

মাল্লে চীন ওল্লবা—হম্বুরবা ।

মিংথোংবা - মমিং থোনবা ।

মিৎরৈ - মিৎচি ।

মিৎয়েং শানথৈরুবা—য়েংলুবা ।

মিবেন থাবু থংনা—মিপাই থবাইনা ।

মিয়েংশেন - মিংশেন ।

মিয়েংশেম শক্কোয়. য়েংবা—মিংশেন্দ্র। শক য়েংবা ।

মীকপ্নথিবা—কপ্নথিবা ।

মীথাপুং—মীয়ামকম, মীহাংকম।

মীয়ায়মদা—তন্নাই তন্নাইবা মীন। ।

মীয়ানকম—মীহাৎপুং ।

মূকমৈ নান্নিন শোমবা-লাইয়িক ইবা ।

মেমাংতনবা—চাযেঙ লাবা ।

মৈদিংঙু—মৈতৈ নিংথৌ ।

মৈপোক থোকলকপা—মৈ চাকলকপা ।

মোইগাই—চীনথান ।

মোংবা—তুরেন, য়ুম ।

মোংবা তুথুন ইন্না—তুরেন দয়িন (তুথুন) মতুং ইন্না ।

মোংবা তুয়া-তুরেন মমা ।

মোংবা য়িমদাংশাং—য়ুম অচৌবা ।

মোমনু—নুজা নুপী ।

## ল

লওজা য়ারোবিগমো- অয়ান অহুই য়াওবগীদমক য়ারোবিগনো

লমওক্লবা—লমদা থেংনবা, ওক্লবা ।

লমজা—মমা মপানা নাউকোন্দবা মচা, মমা মপা মফম মরাং থওদবা মচা ।

লমলক—লমহাও ।

লমলক লু থুবা—লমদা মুপী

ভাওনবা, মুপী কোয়বা ।
লমলেন – লমদম ।
লহাম্নোং-মমাওৈত্ত, অচুৈত ।
লাইজা- ঈশিং ।
লাইজা ঈখৌলাংবা-ঈশিং খৌরাংবা ।
লাইজা ঈদা লুপ্তুনা-ঈশিংদা লুপ্তুনা ।
লাইজা ঈমানবা – ঈশিং লানবা ।
লাইজা ঈয়োম্‌ংগী-ঈশিং মমুংগী
লাইজা ঈশোক কোম-ঈশিং শোককম ।
লাইজা ঈহুনবিবা-মরম হুনবিব, পোকপিবা ।
লাইজা ঈয়োংদমা—ঈশিং থক্কমা ।
লাইজা লখিনাই ইমু মতাওহৌবা —ঈশিং ঈহৌচুম্না ঈশিং তাওনা চেনবা ।
লাইনা পাংনা-অরাং পাংমা ।
লাংগোই—শগোল, শামু ।
লাংগোই খোঙওইননা-শগোল তোংচুনা ।
লাংগোমবিবা – য়োকপিবা ।
লাওজম পুরী খোকমা-পুনবা লৌখোক্‌মা ।
লাওজেং মখোকলকপা-মখোক কারকপা ।
লাংবন কৌজেঙ চোংবীচা — কৌজেঙ ।
লাংলেন কোওয়াং-ব্রা ।
লাংহৈ-চহী,, কুম ।
লাংহৈ কুমশীং—চহী ।
লাম্লোই - লামমী ।
লিরেম ভংথার লাং-লী ভংথায়মা শেম্বা লাং ।
লীকলাই – নিংথৌ ।
লুখোং—কোকখোং ।
লুখোং পুবা-কোক্তা থোংচুনা পুবা ।
লুমলেম—মতু ।
লেংমা তিন্না-ময়াম চিন্দুনা ।
লেমলৈ—ভা ।
লেমলৈ ভাহাতানবা-ভা ফাবা ।
লেমলৈ পীবুক মুংদা-ভামথুক মমুংদা ।
লৈকাই পোইবা-লৈকাই কোয়বা ।
লৈকোয় কবা-নিংথৌ ।
লৈওম্বা – লৈমবা ।
লৈওম্বী – লৈমবী ।
লৈমুং খোতারেন-খমমুং লৈমাবা ।
লৈপাক কোইবা-য়ায়তোও

থমদোক, অঙম অথৌ, অচৌ অশাং।

লৈপুং য়াকাবা-লৈপুং ফম্বা।

লৈমাবা—নিংথৌ।

লৈমাবী - মহ রাণী।

লৈবাং—লৈ।

লৈরাং অতিংঙা—অয়েম্বা, কাম্নদবা।

লৈরাং তোম্বা পোকপা—ইকোন কোন্না পোকপা।

লৈরাই পন্দোম কানা—লৈরাই ঃখক কাত্নুনা।

লৈরাই মকুমলম-হিদেন তাফম লোইদাম - থা।

লোইদাম থাজা পাথংবা-থা।

লোইদাম থাম্নম য়ামনা - থা মশাং কুইনা।

লোইমোম—ফৌ।

লোতা—ফকলাং।

লৌমা তৈবা-থোইদোকপা।

লৌশিং হিথাংকম—রাথল থম্নকম।

ব

রাইথুংলুবা—থুংলুবা

রাক—ঈশৈ।

রাককুম—ঈশৈগুম।

রাকয়ৈ হি।

রাকয়ৈ হিকুমুংদা—হি মখুংদা

রাংঙমলোন-মৈত্তে নিংথৌ চন্দ্র

রাংখম অভিয়া।

রাংখন অশা লাংবা-মুংশা নংবা।

রাংলেম—পুং, পুংজা।

রাংলেন পুংজাউ য়ৈবা-পুংজাউ থীনবা।

রা চানদখিবা-য়াখিদবা।

র চুমনুনো—রায়েমসমো।

রাজেং তাউথোইবা-ঙা অচৌবা।

রাবা উচেক জাং; অমা।

রাবম তুনুং লংলা পুনগুম্বা-চনৈনবা রাকম, লংলা লংজিম খিবা রাবা রাকম।

রাহমখিবা রা হংখিবা।

রাহনঙম্ববু—রা হায়নমববু।

রাহম্বা- রা হায়বা।

রাহোনচংপা—লাইবাম, পাউ চংপা।

রায়খুবীচা-রায়খু।

শ

শকহেনবা - মশক মত্তৌ চঙথোনবা।

শজাই—য়ুমজাউ।

শজাই থাবী মৈথাবা-য়ুম মৈ থাবা।

শাংলৌ থৌরাঙবা—থৌরাঙ ঙৌবা।
শমু—হকচাং।
শমু খোঙবু থীল্লা-মখোঙ থীল্লা
শমু পালোইবনা মখুৎ পায়হুনা।
শরা লুমখাংথৌ লাইবকী শরু, অশ্বি।
শাঙবা—পোক্তবা।
শাংনবা—পোকনবা।
শাংপা—পোকপা।
শানৌ-ইমাউনিপা।
শানৌ নৈমাং তোল্লা শাংপা-ইমাউ অতোব।
শাখি—ময়াম্বা, মপুরোইবা।
শাখি লাংলেম কোঙয়াং রাপীহন—ইয়াম্বা অহন।
শাম্বা—ঈরোইবা।
শিনৌ—লশিং।
শীংজা থোৱী-লাইরিক নৈমা-লরস্বতী।
শীংবী—শীং।
শীংবী লুখোং পুমা—মকোক্তা শীং পুথুনা।
শূমায়—শূমাঙ।
শেক্তা—নৈতোই।
শেংজোনমা—কেলৈমনা।
শেৎনবা—কায়নবা।
শেৎমরা-কায়নখিবগী মরম।
শেমবী—কবো।
শোইরেন নৈফাও থীনবা—কোম্ন পোকলকপা মচা।
শোনমোইখিবা—শোনখিবা।
শোয়খোঙ তাইথেৎনবা—নুপী তিন্নবা।
সনা কথাল তোংবা—নিংথৌ ওইবা।
সেবক মপাম্মি—পরুল্লা।

হ

হুক্তা—হকচাংদা।
হমু ইরাই কারবা—হমুরবা।
হমু মালৈ কাবী—হমুরবী।
হমু মালৈ চীংঙল্লবী-হমুরবী।
হরাউ পুকনীং চঙবা—য়ামনা হরাউবা।
হলম্নাইখিবা—হনখিবা।
হয়া থোঙখাং হৈঙম্নিবা-থোঙ খাংবা থোক্তিবা।
হয়েং কৌবা মনোং শোয়বা—মথংগী মোংঙানবা।
হাউনা—মাপী লাং অমা।
হাঙবৈ—মাং.গ।
হাওশি তমংচিংবা-লমচিংবা লুচিংবা।

হাগোকরাই—পোকফম ।
হিদেন মকুমলম-হিদেন তাকম
হুকচেল্লকপা—তফিং তফিং
চেল্লকপা, ইফিং ফিংমা চেল্লকপা ।
হুমগৎপা — লংথৎপা ।
হুম্মুমারেংগুবী – লাইরিক লৈমা ।
হুয়েন—লাম ।
হুয়েন লাঞ্জেল্লকপা—লাম
চেল্লকপা ।
হেকতাই মপাউ চাউনা মীকপ্পা
—মথোন হৌনা কপ্পা ।
হেপলি—ছন্দ ।
হৈরাঙ মচা য়ানখিবা মরু
হুনখিবা, মীরোনখিবা ।
হৈরাঙ মচা য়ান তাউজিং মরু
পম্মা নাকলু ফি য়ানবা গর্ভ
লৈবা ।
হৈরাঙ লোনচৎনগুম্বা—লোম্না
ঙাওনরম্বা ।
য়াইরংচাম—মণি ।
য়াওজরবা — চাম্নবা ।
য়াওরৌ—শা ।
য়াওরা—লল, খোঞ্জেল ।
য়াকারকপা—কারকপা ।
য়াংগোইবা — লৈবা ।
য়াংগোইফম—লৈফম ।
য়াংগোইরবী – লৈরবী ।
য়াংদৌ—তীম্থোক ।
য়াঙনা—থুনা ।
য়াংলৈ কংবা থুবা হুয় মতুঙ্গা
হুয়কং থাংতুনা থবা ।
য়াংলৈ খাউবা—হুয় ।
য়াংলৌ—লম্বী ।
য়াক্তাওম্বা—তুমহনা লৈমম্বা ।
য়াভাবী—য়াহিপ্পী ।
য়াথং অথা খোকনা—অরাকপা
অকনবা খোঞ্জেল্লা ।
য়াথং চৈথৈ ওইবা—অরেপ্পা
থাম্বা য়াহবা য়াওঙ ।
য়ারেল খোঙজি—য়া ।
য়ারা খোঞ্জেন মিনা—খোঞ্জেল
পীকনা ।
য়াহৌখিবা....য়া হৌদোকখিবা ।
য়িমফমথক্তা—য়ুমফম মথক্তা ।
য়ুথক—নোংমগী শরক নীপাম
খোকপগী শরুক নমা, মগু
নীপানগী মতম ।
য়ুমদাংশাং - য়ুম অচৌবা ।
য়েক্রুমৈ—য়েক্রুবা মীনা থাবা মৈ ।
য়েকনা পাউমৈ চেনবা - মুংতাই-
নদবা ।
য়োইনা থৌগজবা—লুনা থৌগন
তৌজবা ।

| | |
|---|---|
| য়োইময়াই—ছুমিং । | —মুমিং । |
| য়োইমমাই থেঙবা—মুমিং থেঙবা । | য়োয়না—লুমা । |
| য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবা | য়োয়বুনাই—ইবেন্মা । |

—০—



## ফোংখ্রবা লাইরিকশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মণিপুরী টু মণিপুরী এণ্ড ইংলিশ ডিক্সনারী | মমল লুপা | ১০'০০ |
| ২। | চাদ লাইছুই | ,, | ২'৫০ |
| ৩। | থায়নগী শৈরেং | ,, | ২'০০ |
| ৪। | উত্তরাকাণ্ড ( রামায়ণ ) | ,, | ২'০০ |
| ৫। | মাউথিংথোং ফম্বাল কাবা ( পাকা বাইণ্ডিং ) | ,, | ৪'০০ |
| | ,, ,, ,, ( কাচা বাইণ্ডিং ) | ,, | ৩'০০ |
| ৬। | চায়নরোল | ,, | ৩'০০ |
| ৭। | ডোকিউমেণ্ট ওফ অ্যাংগ্লো-মণিপুর বার ১৮৯১ পার্ট বান | ,, | ৪০'০০ |
| ৮। | ,, ,, ,, ,, ,, পার্ট টু | ,, | ১০০'০০ |

লাইরিক ফংফম :- ও, কে, ষ্টোর, পাউনা বজার, ইম্ফাল।